# ৱারিগী ঈচেল

## মীতৈবু খোল্লাও থাদুনা কৌরসি

পানথোইবা

পানথোই চেফোং

লাইরিক হায়বসি ৱাখল খনবা মীওইনা। ইবঙ্গম—অপাবা মীওই-বুসু ৱাখল খলহনলি। লাইরিক অহুগী মচাকনা ৱাখলগী পুকৈ ওই। ৱাখলগী পুকৈ লৈবা খুনাইদি চাওখৎপা ওমই। ৱাখলগী পুকৈ লৈরবদি থৌদাং পাংথোকনিংবসু পোকই।

The principle of the higher education consists in preserving man's clear character, in giving new life to the people, and in dwelling ( or resting ) in perfection, or the ultimate good. Only after knowing the goal of perfection where one should dwell, can one have a definite purpose in life. Only after having a definite purpose in life can one achieve calmness of mind. Only after having achieved calmness of mind, can one have peacefull repose. Only after having peaceful repose can one begin to think. Only after one has learned to think, can one achieve knowledge. These are foundation and superstructure in the constitution of things, and a beginning and an end in the course of events. Therefore to know the proper sequence or relative order of things is the beginning of WISDOM.

THE WISDOM OF CONFUCIUS
Edited by
LIN YUTANG.

# ৱারিগী ঈচেল

## মীতৈবু খোল্লাও থাদুনা কৌরসি

পানথোইবা

পানথোই চেক্ষোং

**WARIGEE ECHEL**

*Short Story by* Panthoiba

Rs. Twenty only





ৱারিগী ঈচেল

হক খুদিংমক অইবগীনি

PANTHOI PUBLICATIONS

*H. Q. Thangjam Leikai*

SONAI—788 119

Cachar, Assam

Printed at—

**THE MANIPUR PRESS**

The Manipur Press Building

JIRIBAM—795 116 ( Manipur )

নিজবা : লুপা কুন

# ৱাহৌদোক

**ৱারিগী ঈচেল** শিংথোনবা লাইরিক অসি ঐনা 'চেঙ্জোইদা ইরগা থমজিনলমবা ৱরা পুনশিনবনি'। ঐনা লমলকতা চৎপা মতম ৱারিমচাশিং চেঙ্জোইদা ইরগা থমজিনলমই। ফোংদোকচরিবা ৱরা অসি—অস্থুননা ইরগা থমলমবা 'ৱারি মচা' ৱরাগী শকতমনি।

'ৱারী মচা' হায়বসি সাহিত্যগী শকতম অমনি। ৱারী মচাগী শকতমদা অৱা-অনা, কপপা-নোকপগী মওংশিং ফোংদোকপা য়াই। মরম অসিনা ৱারী মচা ওইবা য়াবা, ৱারী মচা ওইনবগী মচাক য়ামনা মরাং কায়।

পৌদোক-ৱাথোক লেপতনা থোকপা থুনাইনি। তোঙান-তোঙানবা মওং উৎপা মীয়ামপুংনি। মতম-মতমগী ওইনা পুকনিংদা কাওরকখিবা শকতমনি। শকতম ৱরা অতুমগী শেমগৎচবা ৱারি মচাশিংনি।

মতম কুইনা থুংইদা লৈরুরবা মতুং ৱারি মচা ৱরা অসি মীয়ামগী মকমদা লানথোকচরি। ৱারেংনা মপুং ওইবা ঐহাককি লাইরিক ময়ামদা **ৱারিগী ঈচেল** হায়বসি তোঙানবা মওং অমনি।

জোরহাৎ, শগোলশেন
ফেব্রুৱারি ৬, ১৯৯২ ইং — থা পানথোইবা

# হিরম—লামায়

| হিরম | | লামায় |
|---|---|---|



**Life is Arithmetic; Multiply the happiness; Divide the sorrow; Add the friends; Subtract the enemies.**

**—ANON**

# লুহোংবগী থৌরাং

ঐখোয়গী ইনে অতোনবী অমা লৈ, মহাক মী থেমবা য়ামনা হৈ। মহাকনা ব্লাফম অমকা হায়বসি প্াক হেক হিক্তোকপা ঙমনদে। মহাকনা ঐঙোনদা ব্লাফম অমগীদমক কন্না থেমলকই।

অয়ুক অমগী ব্লাফমনি। ঐনা পাউচে পারগা লৈরিঙৈদা ইনেতোন চংলকপা উই। মাগী মতৌসি ঐগা উন্ননিংহুনা লাকপা মওং মানলি। ফমথবগা মানা হায়রকই—

'ইবুংঙো, থা পানখৎলকপগী মতমসি ফরে, নংগী মপোক্ময়িগা—নুপী অহুগী মপোক ময়িগা পকনা-চুনবা য়েংনরে। খেনচক পুয়ানসু ফৈ হায়রে, অউনপোৎসু থৌরাং তৌহুনা লৈরে। নহাক হন্দকতি য়ারোকো, নুমিৎ অফবা অমা য়েংলসি, লুহোংনুমিৎ লেপলসি।'

ঐ তুমিন্না লৈ। পারমবা প্াউচেদগী ব্লাখলসি অমরোমদা থৈদোকখিবগুম তৌই, 'করি খুমফম থোকপগে' হায়না ব্লাখল খনলি 'ইনেতোন করি ব্লাফম ওইরবনো, শনদোকনা অমুকতং হায়বিউ, নুপী ময়ুমগা শান্নরকপা ব্লারি অহু লিবিউ'—তপলপনা ঐ চিলদগী হায়দোকই।

'নুপী অসি অফবা মরমমোকপা মীনি, মীচং-মীথোক ফজনা থংই, লৈশি-লৈথোনবী নুপীনি, মাবু লুহোংবা নিপাদু লাইবক ফবা মী ওইগনি'—ইনেতোম্মা খুমলকই।

পাউখুমসি তারে। 'ইনেতোন, অতৈদি করি-করি ৱারি শান্নরকপিবগে, ইনেতোম্মা শান্নরকপা ৱাৱিশিং তাদু থরা লিবিউ, তানিংবা পোকই'—ঐনা হায়।

নুপী অদুগী মমানা ৱাহং জাং-জাং হংলকই—'নিপা অদু করি থবক তৌরি? মচিন মনাও কয়া শুই? য়ুমদা মী কনা-কনা চারি? অহল-লমন লৈরিবরা? মীচং মীথোক য়ামনা কনবা য়ুমলা?'

ঐগী ৱাথলদা অঙকপা মওং অমা ফাওরকই। 'পুড-ঈশৈ হৈনবা মীওইরা? ঈশৈ পালা য়াওবা উমবরা? দুহার ওইনা ঈশৈ শকপা উমবরা?' হায়নদি হংলকখিদে। মীতৈ খুনাই হায়বসি পুঙ ৱৈবা নিপাবু পামনরমই। দুহার চংপা উমববু থিনরমই, চরু ফুদিং অচোবা লৈবা য়ুমগী নুপীবু য়েংনরমই। হোৌজিকতি থাগী তলব লুপা লিশিং তরা চারিবরা, সরকারগী কল্লমবা Deptt দা থবক তৌরিবগে হায়না হংনরে। পেম্মরিবা মওংসি খনলুরগা ইতোমতা নোকনিংবসু পোকই। পুঙ-ঈশৈ য়ামনা পামনরমম্বদগী পৈশা য়ামনা পামনরকপা হায়ববু করিনো?

ইনেতোম্মা করি-করি হায়না খুমবিরমবগে?

নিপম্ন অহু তোলব চারা থবক তৌগ্রি, মথোয় মচিন-মনাও মগুানি, অহল-লমন কৈন্সি, মীচং-মীথোক্ক য়ামনা কনলি, লুহোংগদৌরিবসি অতোনবহুনি, ময়ামবা ৪ নুপী থিদ্বনা তোওান্না চানথরে। অহুগা, মসিমসু ঐনা মথোয়দা খংহনলমই—

'নিপা অহু লমচং-ফিদম য়ামনা চেকশিনলি। মন্নহৈ-খোনফম যামনা মুংশি, ব্লওাং-শাওাং য়ামনা নোনলুকই। মনেম ওইগদৌ-রিবহুনা ল্যাই-তিনদা থরাই থরা য়াওই' হায়রমই।

মতুদা মথোয়না করি-করিদি হায়হৌবগে?

'নিপা অহু মীগা তিন্নবা ঙমবরা? মীয়াম মাংদা ব্লা ওাংবা ঙমবরা? মথককি অহল মশক খংনা চংপরা? অহান-অকোন খংনা থবক শূবরা?' হায়বশিং হংলকই।

অহুদা ইনেতোম্না করি হায়বিরমবগে?

নিপা অহু ব্লওাং শেংই, মীখোন নাখোনবা ব্লওাং শিজিন্নে, মীগী মপুক নাগদবা ব্লাফম ওাংথোকতে, ব্লা ওাংবদা অশাউবা উংতে, নিপা অহু চাকচাদি চেকশিনলি। এনগ্নাংগী মচু ফজহনবা তাই, চাক থিবদা খোংপা য়ারোই, চাক থোংলিঙৈদা কোন মখোন থোকফরোই। লৈরংদগী মৈতান লংথোকফরোই—অহুগা ব্লাফম অমনা 'নুপীবু কৈথেলদা থাদোক্নবা য়ুমদাদি নংতে, ললোন-ইতিক তৌবগী মীংদা কোইচং-চংহনগদবসু মানদে' হায়বা ব্লাফমশিংসি শেংনা হায়রমলে।

ৱাফমসি মুন্না তাৱবা মতুং মচান্নুপীচু নঙোন্দা পীগনি হায়ৗ হৌই । নং লাইবকতি ফনা ফবা জাৎনি !

ঐ ৱাথল খনলগা লৈ—

হৌজিক মতমগী নুপীশিংনা মমাই নানবা নিপাবু পামই, মগায় নানববু পামবা নুপীশিংসি অফবা মওংনু মানলি। পাউদর থারগা চৎলিবশিংসিদা মনেমনা য়ানিংদবনু য়াওরিবনি। মনেমনা য়ানিংদবগীদমক মায়দা পাউদর থারগা চৎলরোইদরা ? ফি ফজবা শেংলগা চৎপবু য়েংবদা মিৎ নাই হায়রবদি—মচু করি খংচুনা হায়রিবনো ?

ঐগী অনিংবদি শুপহায়-হায়দোকতে ।

ইনেতোন্না মথা তারকই—

'ইনেনু য়ামনা কুপ্পা জাৎনি, ঙাচুনা ঈশিংদা মথি ফায়বা উরিবা নুপীনি। মমায় নানবা নুপীবু কনানা ফংতে হায়রিবনো ? নুপী অচুগী মমাচুনু য়ামনা কুপ্পা মীনি, মানা ঐবুনু কুপই, য়াম্না কুপনা মৌ থি' হায়হৌরে।

ইবুংঙোচাও—নহাক ৱাথল খরা খনথৌ, নুপী থিবা হায়বসি য়ামনা কুপনা য়েংলগা অফবা খনগদবনি। মৌ থিবা হায়বসি 'য়ুমগোনবিবু ফংবা ঙমজগে' হায়না য়েংলিবনি। নং থবক শূবা তনলি, তুকা থিবা নিপানি হায়বসিনু মীয়ামনা খংনরে। নংনা তুকা ফনা থিরবনু নুপী অসিদি অসুম্মক চন্নগনি।

মুপী অসি খোংথাং তপই, মরাই লুকই, মশা খিংই, লেং ফনলি, শাবান ফজৈ, মশম শাংই, মিং ঙানলি, তুংয়ান চুমই, য়া চাং মান্নৈ, অহল-লমনগী মথা পোন্না লৈ—হায়রিবশিংসি মুপীগী অফবা গুন ঙাকতনি। ঐহাকনা মশক মুন্না থংলগা মুপীমচা অসিবু হায়রুরিবনি। হৌনবি মতুং ইন্না মাংগোন কারুরবনি—ইনেতোন্না মথা তারকই।

ব্রাফমশিং অসি তারগা ঐনা হায়—'ইনেতোন, মতম অসি হায়ন-চৎনহনা লুহোং-খোংদোংবা তৌনদ্রবনি।'

'ইবুংঙো, ইনেনা মহু পুম্নমক থংনা হোৎনরিবনি। ঐখোয়না থংনা শোয়দনবা শিনলিবনি'—ইনেতোন্না হায়রকই।

ঐ তুমিনা লৈ, ব্রাখল'মসু অসুম খনবগুমই। ইনেতোন্না 'ঐ চৎলে, ব্রাফমসি য়ানরে হায়না লৌরে' হায়রকথি।

ইনেতোন চৎখরে।

ঐ ঐগী হৌনবা ব্রাখল অমা খনলহনা তুমিন্না লৈহৌই—

অহল-লমন্না হায়ন-শিংনহনা লুহোংবগী চৎনবি অসিনা ফরিবরা? চেনলবা মতুং লুহোংবা মওং অসিনা ফরিবরা? নিপা ময়ুমদসু হনজিন-হনজিন্না চৎতুনা 'মী ফবরা' হায়না হংফম থোকতবরা? অউনপোং য়ামনা পুরকলগতা অফবা ওইনরিবরা? লুহোংলমদাইদা মুন্না য়েংলগা অফবা খনগদবনি। লুহোংলবা মতুংদদি মিং চেজেৎ উইশিনগদবনি।

১-১-১৯৭৪ ( বেংগলোর )

# ঐ ওসত্রেলিয়াদা চৎলে

হ্নদক ওসত্রেলিয়াদা মীতৈলোল তমশিননবগীদমক Institute অমা লিংখৎকদৌরি। ঐবু Institute অদুগী Director ওইনা কম হাপলকলে। ঐ ওসত্রেলিয়াদসু মীতৈলোল চাংখৎননবা হোৎনকুবা তারি। ঐ 'আসাম-ওসত্রেলিয়া' মরুপ ৎপৌশিনগী মথাদা থৌদাং অসি পাংথোকলুগদৌরিবনি।

ঐনা ওসত্রেলিয়াদা চৎত্রিবৈ মমাং মাগা উন্নহৌবা চুমই. চৎত্রিবৈগী মমাংসিদা ব্রাকম খরা নিংশিংকম থোকই। মাগা মতম খরা কায়নগদৌবিবনিনা—ঐ মাগা ব্রারী শান্নকমসু থোকই।

ব্রারী শান্ননিংমনবদগী খোংবু ওইনা চৎমিন্নগদবা মী অমা অসুম থিরমই। মরুপ চাওবদা 'ঙসি ঐখোয় 'মখোয়গীদা' চৎলুসি ঐ মাগা ব্রারি শান্নগদবা লৈ' হায়। চাওবনসু 'হোয়' চৎমিন্নকুসি হাইরকখি।

ভুসিদাংব্রাইরমগী মতমনি, ঐখোয় অনি খোং শানদোকলমই। Colour Televisionগী মরমদা ব্রারি শা-শাতুনা চৎলি. কলেজ লানথোকতুনা 'মগাককি' থোংগাল য়োরে। চংথোকতনা চংবা য়ুম অমদা চংগদৌরিবনিনা চাওবনা 'ঐ চংলগা পাউ থংদোকলুগে' হায়রকই। ঐনা 'ঙসি ঐ মাগা উন্নবা ফংগনি হায়বসি ঐগি থাজবনি'

থুমই। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা চাওবনা 'চংলসি' হায়রকই। ঐখোয় অনি 'মহাককি' শংগাইদা চংমিন্নরে।

শুমাং য়োরহুনা য়েংবদা কনা অমতা লৈবা উদে। তোফম শংদনা চংউকননা লেপলিগৈসিদা ইমুংদগী 'মহাক' থোকলকই, ঐখোয়বু উবদা খংহৌদনা কৌরকই। চাওবনা 'নংগা উন্নবা লাকইবনি' হায়দোকখি।

মীঙাইফম কা অসিবু য়েংলহুনা ঐ ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। নাপূ মচুগী ফি মতেক অমা ইনলহুনা মহাক ফমলি। ঐনা হায়গদবহু তানিংহুনা ঙাইরিবা মওং মানলি।

মতম ঙাইহাক হৌখরে। তপলপনা থমোইদগী হায়দোকই—

'অফবা অমস্নং চাওখৎপা থবক পাংথোকনিংই। অফবা থবক পাংথোকপা ঙমননবা ঐ য়ামনা কন্না হোৎনরি। চাওখৎপগী খুদোংচাবা হায়বসি মতেং পীনরগা ফংবা ঙমই। চাওখৎনবগী দমকস্নু ঐখোয় মতেং পীনফম থোকই।'

ঋাহনথোক চংখোনলবা ঋাফম খরসি মাঙোনদা হায়রে। ঐনা হায়নিংহুনা লাকপা ঋাফমদগীদি থরা থজিক থৈনখরে—'মহাক মতম শাংনা ঙাইবগী কান্নবা মওং এইরোইদোরে, ওসত্রেলিয়াদা থবক অমগীদমক ঐ মতম শাংনা লৈরুবা তারি' হায়বা ঋাফম খরসি খংহনিংহুনা লাকপনি। শোয়নখিহুনা ওম-তৈনবা 'মা হায়খরে।

ঙাইহাক ব্লা ঙাংথোকনবা ঙমদহুনা তুমিন্না লৈ। তারগা মহাক অমুম্মক তুমিন্না লৈখি। ঙাইহাক লৈরগা মানা হংলকই —'নহাক করি মুমিংতা বোমবেগীদমক থোংশানবিগদৌব্রিবনো? মুতি লোইগদবা মুমিং কয়ানি ব্লাংলি?' ঐনা খুমই—'ঐ মথংগী থাজ মুমিং থোংশান্নবা থৌরাংলি। য়ুমশাকৈশা মুমিং ঐগী লৈফমদা থুংলুগনি।'

মতমসি তিক-তিক লুমনা চৎলি, পুনসি অমমুং ফিদমগী ওইবা মফম থরা অমুম হায়দুনা তাহনলি। মীতৈনা শোংথদুনা লৈবগী মওং থরা ব্লারি ওইনা লিরগা তাহনলি। ব্লারি শান্নরিবা- মখৈগী পুকনিং মুংশিবা হেনলে, মা' মমায় খুমজিনখরে, মহাক মমিংতগী মপি শিনথখরে।

মা' তুমিন্না লৈখরে। ঐ মাগী মওংসি উবদা থমোয় পুঁঙমদে।

মুতিদগী হনলগা ঐ বোমবেদা মুমিং থরনি লৈখিগনি, অতুগা প্লেন তোংদুনা কেনবেরাদা চংকদবনি। ঐগী থৌরাং ময়ামসি মাঙোনদা হায়দোকতরে।

ঐহাক চাওবগা থোকলকলে। হোতেল অমদা চংলগা চাক চাখিন্নরমই। চাওবনা ঐবু 'য়াম্বনা পুকনিং মুংশিনা উই' হায়রকথি। ঐনা 'অরুবা ব্লাফম থরা তান্নরুবনি, ঐ মহুগী চৈনানা পানলে'

হায়না খুমই। চাক চারগা ঐখোয় অনি থোকমিন্নরকলে, চাওবা —মাগী মযুমদা চংহৌরে, ঐ ইতোমতা য়ুম তমনা লাকখি। ৱাখলসি তরংমালংগুম মেন-মান তাদনা ঐ য়ুম য়ৌরে।

য়ুম য়ৌবগা চেয়ারদা ফমই, অহুগা ৱাখল খনলি। 'ঐনা লৈশাবি অমদা হায়রুরিবসিবু করিনো ? লগদম তামনা চংকদৌরে হায়বসি মাঙোনদা হায়দোকলমলে, মুংশিবগী ওইবা ৱারিদি অমতা শান্নরমদরে।' ঐ ৱাখল পংখনতা খনলি। ঐ ইতোমতদা নিংঙমদবা হেনলকখি।

ঐগী মুতি লোইহনা হন্না খোংশানলে। ঐহাক বোমবেদগী কেনবেরাদসু চংলে। থবক অয়ামবা কমপিউতরগী মতেং লৌহনা শূই। সেতলাইংকি মতেং লৌহনা চাউখৎনবা হোৎনৈ। থা ৬ মুককি মতম ঐ থবক য়ামনা কন্না শূবা তাখি, মতম থজিক কাইথোকপগী খুদোংচাবা ফংবগা ঐনা ইঙেনলৈদা চিথি অমা ই—

Canberra, Australia
24th April, 1978

ঐগী মুংশিজরবী ইঙেনলৈ,

ঐনা নঙোনদা চিথি ইগে খনবা মতম ফনা কুইরে, মতম ফংবগা চিথি অসি ইবনি। ঐ হৌজিক কেনবেরাদা লৈ। ওসত্রেলিয়া হায়বা দেশ অসিদি খরা তোঙানবা মওংনি। মালেমগী মফম

অতৈদা নিংথম থা ওইরগা—লমদম অসিদদি ওলাংথাগী মতমনি। খ্রিসমাস হায়বসি অতোপ্পা দেশতদি নিংথম থাদা পাংথোকনৈ, ওসত্রেলিয়াদদি দিসেমবরগী তাং ১৫ হায়বসি ওলাংবা মতমনি। কুম অমসুং অহিং-অশাগী থেন্নবা মওং ওইরিবসি খা হেমিস-ফেয়ারদা লৈবা লৈপাক ওইবদগীনি। ওসত্রেলিয়াদা মনিপুরগী পাউ তাবিননবা গী ময়াম লৈ। ওসত্রেলিয়াগী অয়ুক ১০ তাবা মতমসি—ইমফালদা অয়ুক পুং ৬ তাবা মতমনি। ওসত্রে-লিযাগী পুংফম হাযবসি—ইনদিয়ান ইসতেনদার্দ তাইমদগী পুং ৪ গী মতম ডনথংলি। ওসত্রেলিয়াদা মীতৈলোল তমবা লাকপা মহৈরোইশিংদা Scholarship পীননবগী থৌরাং লৈ।

ঐ Institute of Manipuri Languageগী Director ওইনা থোদাং পুরি। লম বিঘা ৬০ না কোনবা মফমদা শাবা Ins-titute নি। মথোল মরি ৱাংবা দালান অসিদা কমপিউতর ৩৫ থক লৈ। মহৈরোইশিংনা মনিপুরি কমপিউতর দা ইংরাজি লোলগা তুনতুনা মীতৈময়েক অমসুং লোল তমই। মা ঙাংবদা খোনথোক শোয়বা য়াওরগা—কমপিউতরগী automessage না অচুমবা হায়তুনা শংহনলকই। 'কমপিউতর-কংলা' য়াওনা লাইরিক তমবিবগী খুদোংচানা পীবা Institute of Mani-puri Language না অহানবনি। জাপান অমসুং USA দগীসু মহৈরোইশিং মুমিং থরনিসিদা থুংলরগনি। World Manipuri

Council কৌবা লুপ অমশু লিংখৎলে। Institute কি Prospectus কোপি ১০০০০০ রোম জারমানদা য়েনখোকনবা পৌরা' লোইরে। মী মরেপ ৱাংবা—কুচু ফজবা—মরোশিং চাউবগী গুন চেনবা 'মীতৈGene' মশক খংনবা তমবি হায়না উ। ইাদিয়াগী মী ১৫০ রোম ওসত্রেলিয়াদা থবক তৌদুনা লৈ। মুংতিগী কোংবা পাউচেশিং Institute of Manipuri Language না তমনলাইরিক ওইনা শিজিনৈ।

নংগা ৱারি শান্নবা লাকলমবা মুমিদাংদু ঐ য়ামনা কুইনা চেয়ারদা ফমলগা লৈখি। ইডেনলৈ, নহাক মিৎয়েংদগী য়ামনা তামনা লৈহৌরে। ওসত্রেলিয়াদা খোংশানলমদাইগী মমাং মতম থরদু ঐ নংগা য়ামনা উন্ননিংবা পোকখি, মুংশিরুবদগীসু ঐগী থমোইসি য়ামনা নৌথখরে। ঐ অমুক হন্না নংগা উন্নবা ফংগদবা মানলকতরে। ওসত্রেলিয়াদা ঐগী য়ুম ওইয়ু হায়না তনগ্রমালে।

লমদম তামনদগী
শাকবা

২৪-৪-১৯৭৮ ( পুনা )

# লৈ কংনবা থৌরাং

মতমসি নোংস্থু অরেপ্পা লৈতনা চুরি। জম-জম অহিংদগী চুরকপনি। লৌবুক-লমহাং পুমনমক ঈশিংনা পুমলং লংলে। নোং চুমনখিদ্রনা ঈশিং চাউবা মওং মানলে। নোংজু মওংসি ইমফালদা ওইরমলবদি ঈশিং মরিক অমতা তুংলগা লৈবা উরোই। হুমিং মওানি নোং লেপতনা চুরবস্থু ইমফালদদি ঈশিং তুংলগা লৈবা শুপউ-উবা ফংদে। ইমফালদদি ঈরম-খোংজম ফজনা ফাংলগা থমই।

ঙসি অসি লমতাগী থাবুম হুমিংনি। লমতাগী থাবুম হুমিং হায়বসি লাইনিংথৌ সনামহি ইরাং হুমিংনি। লাইনিংথৌ সনামহি ইরাং হুমিং হায়বসি মীতৈ খুনাইদা চাউরবা হরাও-কুমৈ মওং অমস্থুনি।

ঐহাকনা লৈরিবা মফম অসিদা কৈথেল অমা লৈ। পোৎ-চৈ খরা লৈরুনবা ঐহাক কৈথেল অসিদা চংলি। কৈথেল য়ৌরহুনা চেং হল্লাই য়োনফম দকান অমদা য়েংই—

দুকান অসি চেং মথল ১৮ রোম য়োনলি। চেং অচৌবা, মচা, অশাংবা, অতেনবনচিংবা মথলময়ামসি ফজনা কৌতা অমা-মমদা থনকোক-থনকোক তৌনা হাপলগা থমই, চেং ময়াম অসি-দা—পোরৈতোন চাকহাও হায়বা চেং মথল অহুদি য়াওবা উদে।

পোরৈতোন চাকহাও হায়বা চেং মথল অহুতংগা য়াওরমলবদি মিং থম্না ফজম্বা হায়বন্থ ওইগদবনি ।

হুকান অসিদা মকু থোকতবা হৱাই মথল ৩৫ রোম য়োনলি । মকু অথোকপনা মথল ১৪ রোমনি, কোলি হৱাই মরু মথল ১০ অমস্থং হৱাই উরিগী মরু মথল ১২সু য়োনলি । মুন্না য়েংবদা য়োংচাক অমস্থং হৱাইমু মরুদি য়োনবা উদে । য়োংচাক অমস্থং হৱাইমু য়োনম্রিবসি মখোয়না মশক খংদবদগী তৌরিবরা ?

এনশাং-নাপি য়োনফম য়োরে, মথল-মথেলগী এনশাং-নাপি য়োনবা উই । মওংসি এনশাং-নাপি মথল থুদিংমক য়োনবগুম তৌই—

শৌগ্রি, য়েনম, য়োংচাক, য়েনদেম, পুলৈ, কংলায়েল, চেং-গুম, মুংগুম, মনায়েল, ময়াংবনচিংবা য়োনলি । এনশাং-নাপি ময়ামসি থুমোকতা ঈশিং থজিক-থজিক খিকতুনা থমই ।

ঐহাক মথংগী হুকানদা অমুক চৎলি । হুকান অসিদদি এনশাং-নাপি মথল য়ামদে—পেরুক, ইকায়থবি, লোমবা, য়েনশিল উয়েল, ফকপাই, উশোয়নচিংবা থরতনি । এনশাং-নাপিশিংসি মশা তগৎ-তগৎ তেকনা লৈননবা থুমোক মচা অমামমদা হাপলগা থমই ।

ঐ মথংগী হুকানদা 'মুক চৎলি—হুকান অসিদা কমব্রোং,

লেংচুমমকা, লৈপাক খোনদোন, লৈথামান, পানদা, উচিনা, তোনিংখোক, লুংশিহিদাক অসিনচিংবা য়োনব্লি।

মফম অসিদা হায়রিবা পোৎকি মমলগা—থৱাইরমবন কৈথেলদা হায়নবা মমলগা চাংদমনহুনা য়েংবা ঙমদরে। মরমদি ঐহাক থৱাইরমবন কৈথেল কাবগী থুদোংচাবা ফংজ্রি। মতমসিদা থৱাইরমবন কৈথেলদমু মথল-মথলগী উশোয় য়োনলমগদবা? থৱাইরমবন কৈথেলদা পাল ফুংতোকলগা য়োনবগী চৎনবি লৈ হায়নৈ। পাল অফুংপদু মুপী-অঙাং লৈতবা নিপানা লৈরগা ময়ুমদা পুনখি হায়। ইমফাল শহর হায়বা অসিমকতি এনশাং-নাপি লৈবা লাকপা নিপাবু মীহুংশি উৎপগী চৎনবি লৈ হায়নৈ। ময়ুমবা মুপী-অঙাং লৈতবদগী 'নিপানা এনশাংনাপি লৈবনি' হায়না খন্নে হায়।

ঐহাক এনশাং-নাপি য়োনফমদগী থোকলে। লৈ য়োনফমলোমদা চৎল্লি। লৈনিংথৌদা থুদোনব্রি খিনহুনা হংই—

লৈনিংথৌসি করা তোহুনা পীবিবগে?

—মসি তঙকখকতা লুপা অনি য়োনব্লি।

মীতৈলৈগীদি?

—অমদা লুপা অনি।

খাংজমলৈসিদি?

—মসিনা লৈ অমথকতা লুপা মঙা তৌতুনা য়োনলি ।

'নত্তাক্কনা য়োনলিব্বা লৈ ময়ামগী নখোয়গী মুমদা খাবরা ?'

—লৈশিংসি মপানদগী পুশিনলকপনি । 'থাংজমলৈ' হায়বসি থাংজম হায়বা লমদমদগী পুরকপনি । 'থাংজমলৈ' পরেং লেংলগা কংপা হায়বসি লমদমতুদা য়ামনা অচৌবা চংনবিনি হায় ।

লৈ য়োনবগী ঋরিসি তান-তানা ঐ ঋাথলম্ থনলি, ঐনা ঋাথল থনলগা লৈবতু উবদা লৈ য়োনবনা হায়রকই—

'বাবু, অদোমনা অপামবা লৈ অদুবু লৌবিউ, লৈনিংথৌদি ময়ামদগী খরা হেন্না তাঙই । অদুগা থাংজমলৈসি ওসি লমতাগী থাবুম মুগিংতা য়ামনা শ্রিংলি । মীয়ামনা লৈপরেং লেংলগা লাই-নিংথৌদা কংলৈ । থাংজমলৈ কংলগা পুনসি মুংশাই, য়াইফবা ফংই হায়বগী থাজবা লৈ ।

নিপা অসিনা লৈ য়োম্নবগী চক্ তৌরি । ঐনা লৈ ময়াম অসি উবদগী ঋাথল থনরি । লৈ হায়বসি অফবগী থৌরমদা শিজিন্নৈ, খংশিবা অমসুং অশেংবগী থৌরমদসু লৈ শিজিন্নৈ ।

ঐহাক উহৈ য়োনফমলোমদা চংলি । কিহোম য়োনফম য়ৌরে, কিহোম'মদা থুদোনবি খিনলদুনা হংই—

কিহোম অমদা কয়াকা য়োনব্রিবগে ?

—বাবু, কিহোমসি কিলো অমদা লুপা ২ তৌহনা য়োনলি। কিহোম অমনা কিলো ২গী লোম লুমই, হায়বদি কিহোম অমগী মমল লুপা ৪ রোম তাগনি।

কাসারগী ফুলেরতোলদা পৈশা ২৫ পীরবদি কিহোম অমা লৈবা ফংই। মফম অসিদনা লুপা ৪ ............... কিহোমসি থলদা ওনলগম্ব য়োনলি।

কিহোম য়োনবসিনা ঐবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই—'বাবু, কিহোমসি পংতাং-তাংবদি নংতে। কিহোম হায়বসি চহি অমদা অমুকতং অমস্থং অমাথকতং পানবা উহৈনি। পামবি অমদা কিহোম অমামমতং পানলি' হায়।

ফুলেরতোল হায়বা মফমসি পংলাপ-লাপ্পা নংতে। ঐখোই য়ুমদগী কি মি ১৫ তংবু ওইনি। মানা হায়রিবসি অচুম-অরান থংননবা ঐ ফুলেরতোলদা অমুকতংদি চৎলগা হংনিংবনি। অদুবু ঐ ফুলেরতোলদা চৎলুবা ওমত্রি, অচুম-অরানসি হৌজিক ফাওবা খংবা ওমত্রি। কিহোম হায়বসি পামবি অমদা অমামমতং পানবা উহৈরা?

ঐহাক কৈথেল অসিদগী হনলে, ৱাখলসি মওং-মওং থনলি। শেল পায়বা মীনা তাউন অচৌবদা লৈবসিদি য়ামনা মুংওাইবা জাংনি। লৈনিংবা লৈরগা—চানিংবা চাহনা পানবা মওংলি। ঐহাক কৈথেল অসি কারুবদগী ৱাখল য়ামনা থনলে। লাইনিং



## মারিগী ইংচেল

থৌগী ইরাং লুমিং অসিনা ঐঙোনদা মাথল য়ামনা থলহনদে।

ঐ লাইনিংথৌদা লৈ-পরেং লেংলগা কৎনিংই। লাইনিংথৌগী ইরাং লুমিং অসিদা লৈশক থংনা লৈ পরেং অহু লেংজনি'ই। শিঙেল শিংগারৈ, শিংঙেল ইনহু নচিংবা লৈ ময়াম লৈ। শিঙেল উরিরৈদি দাকতর কমলনা লেংথোকখরে। থমখালগী লৈ পরেংদি হিজম অঙাংহলনা লেংলগা কৎখরে। শিংঙেল লৈনিং-থৌ, শিঙেল লৈহাওনচিংবস্নু লৈ। ঐদি করি লৈগী পরেংবু লেংলগা লাইনিংথৌদা কৎপা ঙমগদবা ?

২১-৮-১৯৭৩ (বেংগলোর)

# ঐগী চিথি

ঐহাকনা পুনসিদা পামজবা পোৎ খরা লৈ। পোৎ খরা অসিগী মন্নুংদা 'মুংশিবা' হায়বসিস্তু অমনি। মুংশিবগী রাখলবু খনল্লুবদা ঐহাক লুহোংনিংবা পোকই। লুহোংনিংবগী রাখলবু খনবদা ঐহাক তুমবা-চাবা মফম খংখিদে। 'লুহোংবা' হায়বসি হৌজিক ফাওবগী ওইনদি ঐঙোনদা 'থিক নেমবনা থা অরাংবা লামবঙ্গুম' থোকলি. ঐনা মুংশিববু ফংবা ঙমদ্রি।

রাখলদা ইহাং-হাংবগী মওং অসিবু কোকননবা 'ঐনা ঙম-জবা পামবৈ অমা' অম্মুম থিরমই। 'করি তৌবা য়াবগে' হায়না রাখল খনলগা য়েংলমই। মুংশিনবগীদমকতা ইশুং-ইমান্নবা অমদা 'রা খরা হায়নিংবগী ইরাং' পীতুনা য়েংই। ইরাং পীবা অতুমকত-না 'ফাগীনি খনবিন্নু' হায়বা পাউথম অমা মানা পীরকখি।

রা হায়বা হৌরুবদগী পুকনিংদা রাখল খরা শাগৎলমই। 'মরমমোকপি মুপী ওইবগী মতৌ লৈবরা—য়াবিরক্কদবা মীওই মানবরা' হায়না রাখল খনলমই। ঐ রাখল খনলতুনা মাবু শক খংবা ঙমননবা হোৎনরমই।

মুমিং খরনি হৌথরে। থা অমমুককি মতুংনি। নৌনা ঐঙোনদা রাখলতুমক ফাওরকখি। মুপী অতুনা 'ফাগীনি খনবিন্নু' হায়রকখিবতু নিংশিংলকখি। নিংঙমদতুনা মুপী অতৈদস্তু রা

পংহায়-হায়নিংলমই, অহুবু ঋা মাংহুনা তোকহনিংদবদগী ছুপী অতৈদা হায়রুদরে।

মানা ঐঙোনদা য়ানিংদবা ফোংদোরকপগী মরম থংননবা হোৎনরে। তলব চাবা সরকারগী থবক তৌদবসিনা ঐবু পামবিগ্রিবরা ? মীয়ামগা য়ামনা তোৎন-তিন্নদবা ঐগী মতৌ অসিদা পামবিগ্রিবরা ?

ঋুমিৎ থরনিগী মতুংনি। ছুপী অহুদা হন্নমুক ঋা হায়নবা শেম-শারগই। য়ামনা হায়নিংলিঙৈসিদা মাগা উন্নরমই। হায়দোকনিংবহুগা মতাচানা নেংনা তানা হায়রমই। হনদক হায়বসিদদি 'ফাগিনি থনবিন্নু' হায়বা পাউথুম পীরকখিদে। মমায় লুকথহুনা তুমিন্না লৈখি, মতৌসি মাঙোনদা ঋা অতৈস্তু হায়বা য়াগদবা মানলি।

ঐ তলব য়ামনা চাবা থবক ফংদ্রি। তলব চাবা মী ওইদবদগী ঐবু তোঙানবা মীৎয়েং অমদস্তু য়েংবিরি। ঐদি থিজিন-হুমজিনবগী থবক কন্না শূরি, থিজিন-হুমজিনহুনা লাইরিক কন্না ইরি। নোংম-ফাদোকস্তু মীয়ামগী মরকতা চংলগা ইরাং য়েংহুনা লৈ। ঐগী ঋাথল মওংসি অচুমবা ওইরিবরা—নৎতরগা অরানবা মওং ওইরিবরা হায়বহুদি খংবা ঙমদরে।

ঐ 'থবক তৌদে' হায়বা খংবদগী মানা লকনরকখিবা

মানলি। ঐ মাগা উন্নবগী খুদোংচাবা লৌরগা অচুমবদু হায়ফম থোকই। ঐনা মাগা উন্নবা মীৎকুপতা করেমনরককথিবদু মায়ওকনদুনা হায়—

'ঐহাক থি-হুমবগী থবক কন্না শূরি, লাইরিক ইবদা পুকনিং চংলি। মুপী মরেপ ৱাংখৎনবগী পামবৈ তাকপা লাইরিক ইরি। মীথোই-মীহেন পুথোকনবগী পামবৈ খংহন্নবা হোৎনরি। 'World Manipuri Council' Magazine দা ফোংননবা Biological Means to Produce Super Intelli-gence People' হায়বা ৱারেং'মসু ইরি। মশক ফজবা, মরেপ ৱাংবা, মরৌশিং চাউবা মী শেমগৎনবা Gene Bank কি মরমদা লাইরিক ইরি। ঐহাক মীওইলনগৈ চাওখৎননবা থিজিন-হুমজিনবগী থবক কন্না শূরি।

থমোইদগী ৱাফম থরসি মাঙোনদা হায়রে। করেমনরক-খিবদুনসু অরোনবা অসি হায়দোকপা তাখিবনি। য়ুমদা হনলকপগসু য়ামনা শাংবা চিথি অমা ই। চিথিদুগী মরোল অসুমনা তৌই—

ঐগী মুংশিজরবী মুংশিরৈ,

হোৎন-হোৎননা ঐ শেল থোকপা থবক শূবা ফংদ্রি। ইং-খোল মায়কৈ মন্নি চিরিক হোদনা খাজিনবসিনদি মতিক চাবা চাগা ওইবা য়াদ্রি। ঐ মনিপুরগী লৈমুংদা সনা ফংবা ৱাবা পোরম

থিহনা অইবা পুথোকনবা হোৎনরি। লৈমুংথাউ ফংবা য়াবগী মরিমথোং উংলগা ইবা Project Report খরা Suzuki Oil Research Institute তা থাগৎখিবা লৈরে, মহুগী মমুংদা Report খরদি ঔবাইহুনা য়েংলবা মতুং অয়াবা লৈবগী পাউখুম পীরকলে, Drilling তৌরগা থাউ ফংননবা চাংয়েং খরা চৎথবস্থ য়াওখরে। মিতর ১৫০০ মুকতংগা লৈমুংদা লুনা হনথরবদি থাউ ফংবা য়াবগী চাং হায়বহু ওইরে।

মুপী মরেপ ৱাংথৎনবগী পাউতাকস্থ ইরি। চাংচৎতা খুদোল ১২ মুকতং মরেপ ৱাংথংহনবা ঙমলবদি অফবা ওইগনি। মরেপ ৱাংলবদি অকনবগা লামবা পানবদা পাংগল থোককনি। মীথোইমীহেন পুথোকনবগী পামবৈ তাকপা মমুংরোলস্থ শেমবা লোইশিনলকলে। চাংয়েং খরা চৎথরবা মতুং হিদাক মখল অমা কৈথেলদা য়োন্নবা থৌরাং লৈরে। মুন্না থিজিন-হুমজিনলগা থংননবা হোৎনবা হায়বসি ঐগী থবকনি।

থিজিন খোৎচিনলগা থাগৎখিবা Report অতৈ খরগীস্থ পাউখুম পীরকলে। Report খরদি পুময়া-য়ারে হায়না ময়েক শেংনা হায়রকলে। মুপী মরেপ ৱাংনবগী হিদাক অহু Manipur Biological Institute না লাইশুগা কোন্ননা য়োনবা হৌরগনি। মীথোই-মীহেন পুথোকনবগী পামবৈ মশক তাকপা হিদাক

অহৃস্নু লাইশুগা কোন্নবা য়োন্ননবা থৌরাং শিনবা লোইশিনল্লকলে। অথন্নবা নিপামক্না হুপীশিংদা পাক-শন্না ফংহনলগনি।

অদোমগী
সনাজাওবা

উন্নবগা চিথি অসি মাঙোনদা পিশিনলে। অহৃগা ঐ হন্না য়েংলমদনা লাকলে। নিংঙমদবদগী ঐ মাঙোনদা হন্না ফাওবা য়েংলমদবনি। অমুক হন্না পাউথুম ফংদ্রবস্নু য়ারে খনলগা পীরমলবনি। চিথি অসিগী পাউথুম মানা লমায় অমা পিক থন্নবা ইরগা পীরকই। চিথি অহৃদা 'মী মরেপ নেমথরকপগী মরম অমস্নুং মীরেম ওইরকপগী মরম শনদোকনা ইবিরকউ' হায়রকই।

ঐগী পাউথুম করি ওইফম থোকই ?

ঐগী হুংশিজরবী হুংশিরৈ,

'মী মরেপ নেমথরকপগী মরম লৈফম থোকই, মীরেম ওইরকপগীস্নু মরম লৈফম থোকই। থবক শূ-চৎপদা মায় পুবা উমলকতবা—চাবা-থকপদা নিংবা থুংলকতবা—ন্নাখল খনবদা হুঙাইফম খংলকতবগীস্নু মরম লৈ। নিপা ওইবনা শিনথোং খংনা থবক শূদরবদি খুনাইদা হুপী অন্নাবা নংই। খুনাইদা শিনথোং মশক খংদনা লৈবা তারিবসি করিনো ? খুনাইদা অঙাং ময়াম

মশা শোন্ন-শোন্না পোকলক্কদবা মানলি, চাবোক মশিং য়ামনা থিনা হনথরক্কদবসু মানলি। মীপাইহৌবা লাঙনানা নাগদবা অমসুং 'ৱাখল মুঙাইতে' হায়না তোয়না হায়গদবা মাগী মশিং য়ামনা য়ামখৎলক্কদবা মানলি। নিপাদগী মুপীনা মশিং য়ামনা য়ামগদবা অমসুং মপা লৈতবা অঙাংগী মশিংসু য়ামনা য়ামখৎলক্কদবা মানলি। মুপী খুনাই অৱাবদা তারে। মুপীলুপ অৱাবা ময়াম মায়ওকনরে।

ঐ মুপী অমদা 'ৱা খরা হায়নিংই' হায়বগী ইরাং পীবা ঙমননবা তানজা'মা য়েংজরমবা মীওইনি। ঐ ৱাখল ইহাং-হাংবগী মওংবু কোকননবা পামবৈ'মা অসুম থিরগা লৈজরমবা মীওইনি। অৱাবদা তারবা খুনাই অসিগী পাউদম কনানা তাবিগদগে? মুংশিরৈ, ওজা খনলগা অৱাবদগী কোকপা ঙমই হায়বসি ঐগী থাজবনি।

অদোমগী

সনাজাওবা

৮-১১-১৯৭৩ (বেংগলোর)

# মনিপুরবু নিংশিংলুবদা

পোইন্নুগী অয়ুকনি। ইমফাল এয়ারপোর্তনি। ঐ এয়ার-পোর্ততা লেপলগা লৈ। মফমসি মীয়ামনা 'তুলিহল এয়ারপোর্ত' হায়না খংনবহুনি। মতম অমগী 'কোইরেংগী' কৌবা প্লেন তাফম অহুদি ঐনা খংহৌদরে।

অয়ুক পুং ৮ রোম তারে। ঐহাক প্লেন থামফমগী মনাক হেংগার ময়ামগীদি মমাং রানরেগীদি নাকলদা হেলিকপতর অমবু য়েংলহুনা লেপলি।

ঐহাকনা মফম অসিদা করি তৌগদৌরিবা?

অরাংবা অতিয়াবু য়েংলহুনা, অপাকপা রানরেবু মাংদা থমলহুনা—ঐ থবক 'মা পাংথোকনবগী মতম ঙাইরি। প্লেন ময়াম পরেং শানা থমলি। প্লেন থমফম হেংগার ময়ামসু লৈ।

ঐনা লেপলিবা মফম অসিদগী ইনক-নক্না হেলিকপতর অমা লৈ। হেলিকপতর অসি অহিং নোংশোয়বা লমহাংদা লৈরুরে, লমহাংদা লৈরুবদগী লিকলানা পুমচোৎ-চোৎলে, শাংলবা মশা মতোনদগী লিকলা মচুম তোপ-তোপ তারি। লিকলা মচুমদা নুংশা মঙালনসু য়ৈরে। হেলিকপতরসি 'মপাং কনা লৈতবগী' মঙংবু মানলি। লমপাক অসিদা মতোমতা ঙঙক-ঙঙক লৈবগুমই।

মতমস্তু অম্নম-অম্নম হৌজিনখি । কনা'মতনা মতমসি পাম্মুবা ঊৎতে । ছুমিৎস্তু ফনা য়ামনা কারে । মী ময়াম থবক কানরকপা য়াওরে । থবক কানরকপশিংনা মথৌ-মথৌদা চংনরি । মী খরনা 'দোলাই অপাইবিসি পাইননবগী থৌরাংগ-দৌরিমালে' হায়না খনখিবগুম তৌই । মীয়াম Scooter, Car, Cycle নচিংবা তোংলগা লাকনৈ । ঐহাকনা মীয়ামগী মতৌবু য়েংলি ।

ঙাইহাক লৈরগা ফুরিৎ অচোনবা লিংপা মী খরা লাকপা উই । দোলাই অপাইবিসিবু শেম-শাগদবা তেকনিসিয়ানশিংনি । Instrument Mechanic, Flight Mechanic, Electrician, Wireless Mechanic, Radio Mechanic......... অসিনচিংবনি । মথোয়সি অয়ামবনা মখুংতা ইসক্রু ড্রাইভর পায় । চহিদা ২১-২২ দগী ৩০গী ঙাকয়ানি । লিংলিবা ফরিংকি লেংবানদা নংতরগা পামবোমদা রেংক থেংলি । লিংলিবা ফুরিৎ অচোনবগী থবাক মপাদা মমিং ই । মথোয় য়ামনা হরাও তয়ামনা থবক শুবা হৌই । শৎ-শৎ অমনা-অমবু থৌদানবা লৈতে ।

মী তরামুকনা থবক শুবা হৌখরে । মখল মখলগী খুংলাইশিং পায়হ্নুনা-নানহ্নুনা য়েংখরে । থবক অসিদা পুকনিং চংনা হোৎনখরে ।

মতম অসিদা অঙাংবা মচুগী গারি অচৌবা অমা থৌজিন-লকই। থাউ হাপনবা 'ভারৎ থাউ লংলোনপু' ( Indian Oil Corporation ) গী গারিনি। আই ও সি গারিদগী উতোং অচৌবা অমা চিংথোকলগা দোলাই অপাইবিদা থাউ হাপই। অঙাংবা মচুগী গারিসি থৌদোকখরে। দোলাই অপাইবিসি হৱগা নানথোক-তৈথোকপিখরে। হেলিকপতরগী ইনজিন কন্না ঙংহনহুনা য়েংলে। ইনজিন কন্না ঙংবা মতম মুংশিং শিংমনহুনা ফিংকা পাইথোক্লদোই। তেকনিসিয়ান ময়ামনা ইনজিন খুৎঙংসি না থাংগৎলগা তায়। শংগোলবু লমজেন কন্না চেলহনবগী মওংদা 'রেস' তৌরে। হেলিকপতরগী ইনজিন মৈ মুথৎলে।

দোলাই অপাইবিসিদা তোংগদবা মী থরম্ব লাকতুনা লৈরে। চংলমদাইগী চে-চাংদা শোই তৌনরে, তেকনিসিয়ানশিংনা মাগী-মাগী থৌদাং শরুক পাংথোকলে হায়রহুনম্ব শোয় তৌবা লোইরে।

হেলিকপতর অসি থৌগদবা মীম্ব লাকলে। ঐখোয় মী থরা তোংখংলে। পাইরমদাইগী হন্না অমুক্কা য়েংলে। নিপা অমনা মৈ মুথৎনবা খুৎলাই অচৌবা অমা পায়রগা লেপই। ইনজিনগী খুৎঙংসি মুন্না তারহুনা লেপই। ডাইহাকম্ব ঙংহনহুনা থমই। মথংদা খুবি থাংগৎতুনা খংহনলকই—'য়ারে'। য়েংবদা তশেংনা য়ারবা মওং মানলি।

দোলাইসি তপন-তপনা মাংদা চৎপা হৌরে। পোৎথানবা

থনবা দমবুরসি নিংলোমদা থমলমলে। ইনক-নকনা কৌজেং তাবগুম প্লেন ময়াম 'তাহনা' লৈবা উই। ইমফাল এয়ারপোর্ততা থমখা প্লেনশিংনি। য়ুম অচৌ-অচৌবশু ময়াম লৈ। মী ময়ামশু থনক শূনরি। মিৎকুপ থরা হেলিকপতরগী ইনজিন কমা ওংহনলি। অহুগা শং অতিয়াদা পায়থৎলি। উপাল-হৈপাল নেমথুথরে। য়ুম-ইংখোল নেমথগরে, লৌবুক-লমহাং পাকথোকথরে, ইমফালগী Little Flower School, Imphal College, হরেকৃসনোগী য়ুম, খাগেমপলি, মনিপুর ইউনিভরসিতি, লংথবাল, শিংজমৈ, কোমুং লমপাক, ইমফাল রেদিও ইসতেসন, বুধচন্দ্র কোলেজ মশক উবা ফংলে। শনজেনথোং, মনিপুর সেক্রেতারিয়েৎ, হেদ পোসত ওফিস, কংলা কোমুং, গভরনর হাউস মশক উবা ফংলে। পাউনা কৈথেল, খৱাইরমবন কৈথেল, থংগাল কৈথেল, থুয়াথোং, দি এম কলেজ মশক উবা ফংলে। উরিপোক, শগোলবন, লমফেলপাৎ লোয়না উবা ফংলে। ইমফাল তাউনদা লৈবা মফমশিং শিং-শিংনা উবা ফংলে। হেলিকপতরসিনা ইমফাল তাউনগী মথকতা পাইরি।

পাইরিবসি মথাদগী য়েংবশিংনা 'ইমফাল এয়ারপোর্ত' দগী পাইরকপা হেলিকপতরনি হায়নরিবনি। মখোয়না ঐগী নাকোংদা তাননবা হায়রিবগুমই। হেলিকপতর অসিদা ফমলগা ঐনা করিবু য়েংলিবা?

সনা লৈবাক মনিপুরনি। অইং-অশা চাং চপ চাবা মনি-পুরনি। সনানা ময়ুং চৎলগা—লুপানা মঙ্কেল ওইবা মনিপুরনি। মীতৈ জগোইগী শাথেক উরগা পুকনিং হুনা ফজে। পলেল চিংদোলদগী ইমফাল তমপাক য়েংবা য়ামনা ফজে। ভাপ্রুম চীং-জিনদগী ইমফাল তমপাক য়েংবসু য়ামনা ফজে, লাইরৌদগী ইমফাল তমপাক য়েংবসু তশেংনা ফজে। শভাইগী মীৎয়েং উবামকতনা থমোই শুমহৎনিঙাইনি, শিরোই লিলি উরগা ফজন্দগী পুকনিং মহি চেনলি।

লোকতাক ঈয়ায়গী ফজবা মওং—অতোপপা মফম কদাইগা চাংদমনসিগে? মনিপুরদি ফজনা লৈশাং তমলিবা শেংগা শুমবনি।

ঐনা হেলিকপতর অসিদা ফমলগা মথৌনা লৈবা মীতৈবু শক থংনিংহুনা য়েংলি। মীতৈনা অশেংবা শকতম ভাকলগা থমবা ভমলকতবগী মরম থংনিংহুনা য়েংলি, মীতৈনা মালেমগী মপু ওইরককদবগী মতম অহুসু থংনিংহুনা য়েংলি।

১১-১২-১৯৭৫ ( বেংগলোর )

# ঐনা মাবু নিংশিংলি

ঐহাক পাখং ওইবগী মতম অসি য়ামনা পাম্মুবা পোকই। মতম অসি 'লোইশিনখিগদৌরে' হায়না খনবদগীসু হেন্না সুংশিবা পোকলে। লুহোংলবা মতুং মীওই অমি লৈমিন্নবগী পুনসিদু য়ামনা মুঙাইরমবা য়াই। অতুম ওইনমক পাখং 'মা ওইনা লেনলিবা মওং অসিদগীদি হেন্না মুঙাইরমগমবা মানদে। ঋাখল অসি ঐনা লুহোংলমদাই ওইবদগী খনলকপনি। ঐহাক পাখং ওইবগী পুনসিবু য়ামনা পাম্মুবা পোকলে।

মীওইবগী পুনসিদা থৌদোক-ঋাথোক ময়াম থোকই। থৌদোক-ঋাথোক য়ামনা থোকলগা পুনসিদা মচু হাপচিনলিবনি হায়নৈ।

নহা ওইরিঙৈগী ঋারি, মীওই মপুং ফাবা মতমগী ঋারি, যুমবানচুনা লৈবা মতমগী ঋারি, চাদ-নাওদা তারকপনচিংবা মতমগী ঋারি ময়াম লৈ। ঐহাককিসু ময়ামসিদা নিংশিংনিঙাই ওইবা ঋারি অমা লৈ। ঋারি অসি মীওই অমদা শিং-শিংনা লিথোকলিংই। অহবু ফোংদোকনবগী খুদোংচাবদি ফংবা ঙমদ্রি। পুকনিং তিন্নবা-মুঙাইবা মতম অহু হৌজিক ফাওপা ঙাইহনা লৈরি।

য়ামনা নিশিংনিঙাই ওইবা থৌদোকনি। মুপী অমনা ঐবু মুংশিখিবগী ৱারিনি। কনাগুম্বিছুমা মাগী অনিংব'মা লৈবদু ঐঙোনদা হান্না থংহনখিবা লৈতে। অদুবু মহাক 'লুহোংগদৌরে' হায়বা মতমদা ঐবু থংহনলকখি। 'ঐগী ৱা 'মা তাবা ঙাইরি' হায়না পাউ পীরকখি। ঐহাক পাউ অদু তাবদা থাঙবা ঙম-দবমখৈগী মুঙাইখিদে। ঐহাকনা মুঙাইতবগী পোৎলুম অদু ঙসিস্থু পুরগা চৎপা তারি।

অমুমনা ঐঙোনদা য়ামনা নিংঙমদবা থৌদোক অমা থোক-খি। মহাকনা ৱাকম অদু খজিক মতম লৈরিঙৈদা থংহনলক-খিদে, ঐহাক ঙসিস্থু তৌফম থংদবগী নিংঙমদবা অদু পুদুনা চৎলি।

য়ামনা পুকনিং মুংশিবা থৌদোকনি। থৌদোক অসি নিং-শিংলগা ঐ হৌজিকস্থু মুঙাইতবনা ফুনগৎলি। চুমই, মহাককি মরাল লৈখিদে। ঐহাকনা নিপানি হায়দুনা অঙম-অথৌ শাখি। ঐনা মাবু খজিক লাপথোকনা থনখিবগুম তৌই।

ঐনা মাবু মশক থিবিনি, কুচু মুই হায়বিখি। 'কুচু কালি-মুক য়ামনা মুই' হায়না লকনবিখি। লাইরিকস্থু খুধি নমলগা শকতাক থংহনবি মুপিনি, ঐনা মাবু করি য়েংদুনা মুংশিবা পোক-লুবনো? মুংশিনবা হায়বসি তশেংনা 'মিৎ ভাংবগুমমনি' হারবদু অাচুমবা ওইবা অরবরা? মুংশিনরবদি অফ-ফংঙবা অমতা মশক থংবা ঙমনদবরা?

মাবু 'কুচু মুবা মীনি' হায়না লকনগ্ৰবসু—মানা ঐবুদি মপাল নাইদবমখৈগী অনিংবা থমখি। মানা ঐগী থবক-থনাদা মতেংগীদমক থনখি। মহাকনা ঐগী অৱা-নুঙাই থনবদা অহিং কয়া মীংশেল খাঙহনা লৈখি। ঐনা লমদা চংলমদাই মানা থিনদোকপা লাকখি, 'নোংমৈদি মুতি ওন্না লাকউ, ঐ ওসিদগী ঙাইবা হৌরবনি' হায়খি। নিংশিংলগা ঐ থমোইসি পুবা ঙমদে। তশেংনা ঐগী থমোইসি কনমনলি। ঐনা মাগী ৱা তাবিখিদে, ঐ মসিগী পোৎলুম অমা পুরগা চৎপা তারি।

'পাম্মুবা, পুনসিগী মতাং খুদিংমকতা শরুক য়াজগে, অৱাবদা, নুঙাইবদা, হরাওবদা············ নহাক অমুকতংদি খুমবিউ' হায়জখি। হৌজিক মসিবু নিংশিংলগা ঐ থমোইসি পুঁঙমদে। নিংশিংলগা ঐ খোল খোকপমখৈগী কপনিংই, ঐ মাগী মকমদা লাননে।

মানা হায়জখিবা ৱাফম অসিদা করি মৱালবু শিহনা ঐনা মাবু লৌশিনখিদবনো? ৱাহং অসি ঐনা লুহোংগদবা মতম য়ৌরহনা ইতোমতদা হংলি। ঐহাক ইশানা ইশাবু মৱাল শিরগা লৈবা তারি, মৱাল লৈতবা নুপী অমবু ঐনা লৌশিন-বিখিদয়ে।

মাগী নৌরবা শক, থোং নৌরবা খোনজেল········ মাবু য়েংননবা হোৎনরবসু মশকতু লোইনা উবা ফংখিদে। হায়জবনা

মাগী কিদমনি থনখি। অহুলগীদি নোংমো মানা অরাথগী পাউ-অহু ঐঙোনদা থৱাই রানা তমখি। খোনজেল য়াওদরব-শুম ঐতামক ওানবা হায়খি। ঐহাক তৌফম থংখিদে, ঐগী থমোয়দি মহি চেনবশুম রাখি। অহুদগী চিলাং-খোলাং ওইনা ঐনা চিলদগী 'বিদাই' হাদোকখি— ঐনা মাঙোনদা ফজনা 'বিদাই' হায়দোকখি।

মহাক লুহোংখরে, ঐহাক পাখং ওইহনা লৈহৌরে।

ঐহাক মাগা উরহনা অমুকতংদি রারি শায়নিংলি। রারিদি হন্না অমুকতংগা শায়বা ফংলবদি লোইবা নাইদবমথৈগী শাং-লগনি। ঐগী লিথোকনিংবা রারিদি য়ামনা শাংলে। হে তাইবংপাল, ঐহাকনা মাবু উরনিংলি, রারিহু হন্না অমুকতংগা শায়নিংলি, লৈশাবি'মদা হায়ফম থোকপহু হন্না অমুকতংগা হায়-নিংলি, ঐনা মাবু নিংশিংলি।

১১-১১-১৯৭৪ (বেংগলোর)

# লাইরিক পানিংদবা মীতৈ

পোইমুগী নিংথৌকাবা মুমিং অমনি। মুংথিলগী পুং অনি রোম তারে। কোইরেং শিলচর রেদিও ইসতেসনগী কোনথোং লানশিনতুনা চংই। থরা চংলগা পরদা থেংপা অফিস অমা লৈবা উই। কোইরেং অফিস অসিদা চংলে। নিপা অমনা মহাকপু 'লেংশিনবিরকসি' হায়রতুনা তরাম-তরামনা ওকই। নিপা অসিগী মমিং চাওবহল কৌই। মহাক রেদিও ইসতেসনদা থবক তৌই।

ৱারি শান্নিংতুনা লাকপা কোইরেংনি। 'মরুপ, ইমফালদা লেংথোকপিরুরবরা?' কোইরেংনা হংলকই। চাউবহলনা খুমলকখি—'ঐহাক ইমফালদা চংলুবা ওমগ্রি. ইসতেসন দাইরেকতরনা চংহনগ্রি'। পাউখুম অসি তাবদা কোইরেং শাওনিংবা পোকই। মীতৈলোলগী থৌরমবু থৌওইবিদরে হায়বসি থংবা ওমখি। কোইরেংনা ওল ইনদিয়া রেদিওগী ইসতুদিওদা চংলগা 'ওসিসি পোইমুগী ১০ নি শুবা মুমিংনি,—শজিবু, কালেন হায়বা মীতৈথাশিংগী মমিং রেদিওদা লাউথোকচরগনি' হায়বা ৱাকমশিং মীয়ামদা থংহনখিংখি।

কোইরেং অমস্মুং চাওবহলনা থম্মরকপা ৱাকম থরা লৈ।

ৱা খন্নবদা ইসতেসন দাইরেকতরসু য়াওই। খন্নরিবা ৱাকমদি— অনৌবা থৌরম শনদোকপা ওমননবা পামবৈ খিবনি। ওল ইন- দিয়া রেদিও ইমফালদা চংলগা হায়জরুরবদি ফংবা ওমগদবা মওংনি। অনৌবা থৌরম ফংননবা 'ইমফালদা চংলগা হায়জ- রুবা' হায়বা ৱাকমদা য়ানখি। য়ানবা অসিগী মতুং ইন্না চং- ননবা থৌরাং তৌরমই। চাওবহললনা 'ইমফালদা চংলুরগে' হায়ৱবা মতম দাইরেকতরনা 'ঙাইথো' হায়রকলে। চংহনদবগী পাউথুম অহু চাওবহললনা কোইরেংদা হায়দোকলকই। কোইরেং শাউনিংমনবদগী হায়গনি নংতরগা হায়রোই হায়বা থংখিদে। মচিনথিবা দাইরেকতর অহুগী মঙক্‌শম পায়রগা থোক-থোক নোমনিংবা পোকখি। মীতৈনা অমুম কাংখথাঙ ওইহনা লৈরিবা মওংবু থনলুবদা য়ামনা মুঙাইখিদে।

১৯৬৩ গী মতমদা শনদোকথিবা মীতৈলোল থৌরমশিংহ নিংশিংলকই। মীতৈলোল থৌরমশিং মতমহুদা গৌহাতি রেদিও ইসতেসনদগী ওইনা শনদোকলমই। থৌরম অহু মতম খরা চং- থরমলগা তোকথোকখরে। তোকথোকনবা থৌরাংলকপা মতম মীয়ামনা য়ানিংদবগী থোল্লাও পীখিদে, 'মীতৈলোল থৌরম অমুমক চংথগদবনি' হায়না থোল্লাও কনা মতনা থাংগৎখিদে। ১৯৭৮ দগী শিলচর রেদিও ইসতেসনদা মীতৈলোল থৌরম শনদোকপা হৌরে, থৌরম ফজনা শনদোকপা ওমননবা স্তাফসু মতিক চানা

লৈরে, অহুমওইনমক মীতৈনা ৱাহৈ মতাং-তরা হায়রগা 'থৌরম লোইশিনবনবগী' য়াথং নিরি। 'থৌরম চজিকশিং Museumদা থমউ' হায়গদবনি। শিলচর রেদিও ইসতেসনদা 'অনৌবা চেনেল হ্যাংউ' হায়গদবনি।

শিলচর রেদিও ইসতেসনদা থৌরম শনদোকপা ফংজিবসি মীয়ামনা থরায় য়াওনা হোৎনখিবগী মহৈনি। খুদোংচাবা অসি ফংননবা মীয়ামনা য়ামনা চে-চাং চৎনহুনা হোৎনবা তাখি। য়ামনা হোৎনরগা ফংবা রেদিও ইসতেসন অসিগী কান্নবা লৌখৎ-ননবা হোৎনফম থোকই।

চাওবহলগা ৱারি শাংনা শান্নরে। অশোয়বা লৈরিবহু খং-ননবা হোৎনরে। মতিকচাবা থৌবু লৈতবদগী মরায় চায়থরকপনি হায়বসি খংবা ঙমলে। চাওবহল অমস্তুং কোইরেং অচা-তাথক থরা চামিন্নরে। মখোয় অনি খুগিৎ অসিগী কায়নরে।

'কলাকার' হায়বা ৱাহৈসি চিনদা পুননবা হোৎনবদা গীতৈনা মশাগী থাশিং কাউথোকনরে। 'শকাব্দ হায়বা ৱাহৈসিস্তু শোয়-দনবা শেন্নবদা ৱাখল হোরৎপা হায়বহু তৌরে। শজিবু কালেন হায়বা মীতৈথাশিংগী মীং হায়দোকলগা য়া কেনগদবগুম খন্নরে। চহি ১০ শুরবস্তু মীতৈ থাশিংগী মিং লাউথোকপা ঙমদরে। লোলতোপকি চৈথাদি হায়বা ঙমলগা— মীতৈচৈথাদি হায়দোকপা ঙমদহুনা লৈরে। কোইরেং শাওনিংমনবদগী থনলমই—'অচুমবহু

শৎ হায়দোরকনবা মীতৈগী তেংখল পায়রগা নিকললসিরা ?
কোইরেং মসিৎতা ঈংকাবা য়োনা শাউনিংবা পোকলমই।

তরং পাউজেলকম (রেদিও ইসতেসন) দা খুদোংচাদবা ময়াম লৈরে হায়বসি থংবা ঙমলে। লৈরিবা খুদোংচাদবা মওংসি কোইরেংনা ইরগা থন্নবা পামললমই। নোংমা মানা রেদিও ইসতেসনদা চৎলগা ইশিনলমই। ইবা লোইরহনা হনলকপদা —রেদিও ইসতেসনদা থবক য়াওরিবি মুপী অহুম্ম লাকখি, মথোয় অনি খোংবু ওইনা থোকলকই—

কোইরেংনা রা হৌই—

—অদোম করি লৈকায়দগী ওইবিরবনো ?

—ঐহাক থাংজম লৈরককিনি।

থাংজম লৈরক হায়বদি ?

—আ পাৎকোয় ময়াদা লৈবা খুল অমুগীনি।

রেদিও ইসতেসনদা থবক তৌবিবদি মতম কয়া কুইরবগে ?

—মতম কুইদ্রি, থা অমমুক হায়বমনি।

থব্রায় য়াওনা হোৎনবিউ, মপুনা থৌজানবিবা ওইসম্ম।

—ঐহাক য়ামনা থব্রায় য়াওনা হোৎনজগনি। অদোমনা অফবা নিংবিবা অসিমক ঐহাককি লাইবক রুবা রাফমনি।

রারী শাংশান্নুনা লাকই। কি মি অমা কানিংঙমাং লাকলে। লমখাইনফম য়োরে। মথোয় অনি ঙসিগী ওইনা কায়নরে।

কোইরেংদি থবক অমা কয়া শুরি। মহাক্না ইবা রারি অমস্তুং রারেংগী খুংই ময়াম লৈ। অইবা রারি অমস্তুং রারেংশিংছু চাওবহুলদা পাহননিংলমই। নোংমা মানা খুংইশিং অছু পুরগা চাওশহুলদা পাবিননবা হায়জরমই। চাওবহুলমা থবক অছু কজনা শুবিগে' হায়হনা হুরাও-হুরাও তৌবিরকতরে। সাহিত্যগী সেমিং লারদা মী ২০ ভংকা তিনবা মওংবু নিংশিংবা তারমই। মীতে খুনাইদা লাইরিক পাবিননবা মী লৈত্রি হায়বসি থংবা ওমথি। মওং অসি থনলুব্দা কোইরেং কপনিংবা য়োনা মুঙাইতবা পোকলমই। লাইরিক পানিংদবগী মরকতা কোইরেং মতোম তারে হায়বসি থংবা ওমথি।

নহান নোংমা উন্নথিবা মুপী অছু থংনবা কাদগী তেপ (পরিংপথাপ) থরা পায়রগা থোরকপা উই, মুপী অসি কাইল অমস্তু পায়রগা পাউ শেমকমরোসদা চংথি। কোইরেংনা চেম্পাউ অমা কয়া ইরি। ইবা লোইরকপদা মুপী অছুস্থ থোকলকলে।

কোইরেংনা হংই—

অদোমগী মতমকা থরা হাওবরা ?

—করি থবককি ওইবিরবনো, য়ামনা চিনবা মওংদি নংতে।

ঐগী লাইরিক ওইনা কোংগদবা খুংই থরা লৈজে। খুংইশিং অসি অশোয়-অঙাম থরা য়েংবিউ, অশোয়-অঙাম য়েংবিনবগী রাকম মচা 'মতং অদোমগী সকনদা থমজরি।

—ঐহাকতি ইচম-চমবি মুপীনি, ঐহাক লাইরিক ইবগী মরমদা থোইদোকপা থংজদে ।

মুপী অসিদা 'কোইরেংনা লাইরিক ইবগী মরমদা থজিকতং মতেং পাংবিউ, পুকনিং থজিকতং থৌগৎপিউ' হায়রি । মদুদা মুপী অসিনা 'ঐহাক করিস্নু থংজদে, লাইরিক ইবগী মরমদা থোইনা থংদে' হায়রি । মথোয় অনি অরাই-অথুমগী মওংদা রা ওাংনরি ।

'লাইরিক ফোংবদা মতেং থরা পীবিউ, নংনা মতেং পীবা ওম-বা থবকনি থনলগা হায়জরিবনি'—কোইরেংনা অমুকা হায়রকই ।

মুপী অসিনা খুমলকতে ।

কোইরেংনা 'ঐহাক খুনাইগী ওইবা থবক থরস্নু শুগে, অওমবা মতেং থজিকতং পাংবিউ' কোইরেংনা হন্নগা হায়রকই ।

মুপী অসিগীদি পাউখুম লৈতে ।

'ঐহাক য়ামনা থরায় য়াওনা হায়জরিবনি । অওমবা মতেং থজিকতং পাংবিউ । লাইরিক ইবা মীওইবু পুকনিং থজিকতংদি থৌগৎপিউ'—কোইরেংনা হায়রকই ।

মুপী অসিনা খুমলকতে । কোইরেংনা হায়রিবাময়ামসি মুম্না তায়, তারগা অসুম্মক তুমিন্না লৈ ।

'তাইবংপানদা তোলব চাউনা চারি, মমুম-মকৈ ফজৈ,

খুৎ-জন লিংই, শেল-থুম য়াম্না পাম্নরি হায়বা মীওইশিং মশিং থীবা ওমদবগথৈগী ফংবিগনি। অত্তুমওইনমক লাইরিক ফোংবদা মতেং পাংবিউ, অকবা থবক পাংথোকখিম্নসি হায়না নিংশিং-লগদবা মীওইদি ফংবদা ব্লাগনি'—কোইরেংনা হায়রকই।

মুপী অসি ব্লাখল মুন্না থনথগ্রে, য়ামনা তুমিন্না লৈথোকখরে।

কোইরেংনা 'ঐ ব্লাফমসি য়ামনা থমোই শোকনা হায়জরিবনি অমুককা হায়রকই।

মুপী অসি উংবমগা য়াওনা ব্লাখল থনলগা লৈখরে। ব্লাখল থনবমথৈগী থনলবা মতুংদা হায়রকই—

'ঐখোয় ব্লাফম অসি তোকলসি।'

কোইরেং খুদক অঙ্গদা মরাল অমা লংজরবগুমথি। লৈমাতোন, নহাকনা কোইরেংবু মতেং পাংলগা নত্তোনদা য়ামনা অমাংবা ওইবরা? মতেং পাংনম্না চাওখৎপা পাগবা কোইরেংগী মীচং ফংবা ওমলরোইদরা?

৩-২-১৯৮৭ (শিলচর)

# লমলককী মরূপ

ঐহাক বেংগলোরদগী স্মৃতি থোকলকপা মতমনি। 'বৃন্দাবন একসপ্রেস' তোংদুনা মাদ্রাজদা থুংলে। মদ্রাজদগীসু 'হাওরা মেল' তোংলকতুনা হাওরা ইসতেসনদা থুংলে।

হাওরা ইসতেসননি।

ষ্টেসন অসিদা ঐহাক অম্নম মীগী কুমৈ য়েংই। ডাইহাক মীডাইফম কা মমাংদা লেপই। মতম অসিদা তেখাও মচা অহুমপা উরে। মখোয় তেখাওদা হনলকপা খোংচৎ ওইরমই। ঐখোয় মুমিন্দাংরাইরমগী ৫৯-আপ 'কামরূপ একসপ্রেস' ট্রেন ডাইম্মিনরি। ট্রেন অসিদা গৌহাতি ফাওবা লাকমিন্নগদবনি।

হাওরা ইসতেসন হায়বসি য়ামনা চাওই। ইসতেসন অসি লৌ কেয়ার তরানিথোই হেন্না কোনবা য়াই। কাসারদা লৈবা খুল মচা অমগা মান্ননা চাউবা য়াই। ইসতেসন অসি চংলিবামখৈগী য়ুমগী য়ুম ডাকতানি, রেল লমবীগী লমবী ডাকতনি।

মতমদি অয়ুকনি, পুং মাপল-মুক তারে। ঐখোয় ইক্ক-মায়-থজরে, চাক চাথোকলে। কলকাতাগী ধরমতালা ইসত্রিৎদা কোইথোকউসি, মিউজিয়াম য়েংলুসি, শা-উচেক য়োকফম (জু) য়েংলুসি হায়নৈ।

মতম ঙাইহাক হৌখরে। ঐহাক মীঙাইকম কাদগী মপালদা থোকই। মতম অসিদা নিপা অমা—ব্রিক কেস অমা পায়রগা মীঙাইকম কাদা চংখিবা উই। নিপা অসি ফিজেৎ নানলি, ঙকতা ভায় পুনলি, চংব্রিবা নিপা অসি ঐহাকনা মুনত্রিক-মুম্না য়েংহৌই।

ঙাইহাক লৈরগা ঐহাকসু মীঙাইকম কাদা চংই।

নিপা অসি 'তেখাও মচানি,ময়ুম গৌহাত্তিদনি, লাইব্রিকনা কত্তোন কোলেজদা তমলকপনি' হায়। মমিং ইতা-তাব্রিবা গৌহাত্তিগী মফম'মদা ময়ুমনি, রেলব্রেদা থবক তৌই হায়। ঐসু গৌহাত্তিদা পোকপনি, চহি কুনমঙা চুপনা থংবা গৌহাত্তিনি। অদুবু নিপা অসিনা হায়রিবা গৌহাত্তিগী 'মফম অসি' ঐহাকনা খংবদা মানা থোকই। মানা হায়রিবসি ঐগী রাখলদা চিংনবা পোকই। অদুবু ঐহাক 'আ, আ—মফম অদুদা ওইরবোইরে' হায়রগা ভুমিম্না লৈ। মানা গৌহাত্তিদা 'মফম অমা' হায়রিবসি ঐহাকনা অমুকতা ফাওবা তাখিদ্রি।

নিপা অসি তেখাওলোল ফজনা ঙাংই, ইংলিসসু শংৎ মান্না ঙাংই। ঐহাকসু অসামী অমগুম মাগা মান্নবা তেখাওলোল ঙাংই। ইংলিসসু ব্রিতোন অমদগী তাদনা লোননি।

নিপা অসি স্কুতিদা চৎপা ওইরমই। মহাক ঐখোয়গা

চংমিন্নবগী 'পোংবু' ওইনা ফমমিন্নরি। মারিদগী মহাক রেলগী রিজার্ভেশন অফিসতা থবক তৌই, রিজার্ভেশন তৌরুসি হায়রকখি। 'রিজার্ভেশন তৌরুসি' হায়রক্লনা মহাকনা ঐগী মরিগী তিকেৎ নমবর অমসুং মিং লৌই। ঐখোয়দা মহাককি 'রেল তিকেৎ' অমসুং মরি লৈনবা চেংচাংশিং 'য়েংহনলি'।

ঐহাক নিপা অসিগা 'রিজার্ভেশন' তৌবা চংমিন্নে। মহাকনা লোইশং অমদা চংলগা তেলিফোন নমবর থন্না দায়েল তৌই। অদুগা পাউথুমদা—আ, আ, শারমাজি, রিজার্ভেশন মরিশকতং পীবিউ—মিং অসি-অসিনি হায়। ঐখোয় মরিগী মিং অমসুং তিকেৎ নমবর 'পী', 'রিজার্ভেশন' তৌই। মথংদা 'য়ারে, 'থেংক ইউ' হায়রগা তেলিফোন থমখি।

তেলিফোন থমলগা অফিসদগী থোকলকই। অদুগা 'হৌজিকতি মারিংডাই লৈতরে, রিজার্ভেশন তৌরে' হায়রকই। ঐহাকনা য়ামনা ফরে, থেংউ ইউ হায় অমসুং তুমিন্না লৈ।

ঐখোয় অমুক রেইতিং রুমদা ফম্মিন্নরে। ঐনা হংই, 'শরমা, কামরূপ একপ্রেসতি হোরেন মুমিদাং মাইরমদা চংকদগা ত্রেননি, হৌজিক অমুক ওনতানা লাকলগা ডাইরিবদি করি মরমগীনো?

'ওসাই পুং তরেংমথারগীদুদা তেলিফোন ফংখি, মুপী-অতাংগা থংনচৈনবা য়াওই, ইশা লাকউ হায়রকখি। ঐহাক মতম অদু-

দগী থৌরাং লোইহনবা অসুম থোকলকলবনি। অফিসতগী সুতি লৌরগা কুমারতরদা হুমবখুনি—ঙাইবনা ফরমতুদা ঙাইরিবনি'। সাগী পাউথুমনি। ঐনা সাগী পাউথুম অসিদা ম্নাখল খনথে। রেলম্নেদা থবক তৌবা নিপা অমনা মুমিং চুপপা রেল ইসতেসনদা মতম ঙাইবা ?

মানা ম্নারি হৌদোরকই, 'নিলামদা য়োনবা পোং থরগী ম্নারিনি। রেদিও, সাইকল, ঘরি, তেপ রেকোরদার, স্কুতার ··· নিলামদা য়োনলি। মহাকনা ঙসাই লাকপদা তেপ রেকোরদারকা য়ামনা লৈহৌই ·········' হায়রকই।

গোসম্নামীনা (তেথাও মী অমগী মমিং) হংলকই, 'তেপ-রেকোরদার 'মদা মমল কয়া পীগদগে ?

'চানি-কা নংতরগা থরা হেন্না—য়েংলগা পুকনিংনা তাপহু লৌশিউ।' নিপা অহুগী পাউথুমনি।

শরমা মায়-মিং তাকম কাদা চংখি।

ঐহাকনা মথোয় অহুমদা হংই—

'শারমানা হায়রিবসি পাসবরা ?'

দাস, শংকাদি (তেথাও মচাশিংহুগী মমিং) ম্নাফমসিদা থোইনা হরাওবা উংতে।

গোসম্নামীদি 'করিম্ব লৈতবা ম্নানি, ৫২০ তোগদবা ওইরবদি

ময়ুম লাকপদা মশক খংহনগে' হায়রকখি ।

ঐনা 'ঐদি চৎলিংদে, ঐখোয় লমহেনলু হায়বা থোকতে । মকম অসি কলকাতানি' খুমই । মহুদা গোসৱামীনা 'য়েংলুসি, নিপাসিনা করিস্থ তৌবা য়ায়োই' হায়দুনা তকশিনলকখি ।

ঐস্থ ৱাখল মুমা খনথৈ, অদুগা 'চৎপা তারবদি য়ামনা চেকশিনবা কৈ' হায় ।

শরমা মায়-মিং তাকমদগী থোকলকলে ।

গোসৱামীনা 'মী অমা পোৎচৈ শংহৌকম থোকই, ঐখোয় অহুম চৎসি' হায়রকই । ঐনা 'মী অনি লৈহৌসমু—অমনা মপাল-ইপাল থোকপা মতম পোৎচৈ ময়ামসি শেম্নগদবনি' হায় । দাস অমসুং দৎতা লৈহৌবা তারে । গোসৱামী, ঐ—নিপাসিগা চৎপা তারে । ঐনা ফাগী ওইনা 'চৎলিবসি কলকাতানি—ঐগী লৈফম তাকচগে, হনলকতরবদি ঐগী পোৎ—চৈসি য়ুমদা য়ৌহনবিউ' হায়রগা চেজেৎ 'মদা ঐগী থিকানা ইরগা দৎতদা পী ।

ঐনা হায়বা ৱাকম অসিদা শরমানা নাকোং থমই, অদুগা 'এ ওনথোকপা ৱাবু হায়দা ………… ।' খুমলকই ।

ঐহাক খাউদা লুপা ২৫০০/-, খুৎতনা 'জনতা' ঘরি অমা, অদুগা থোংগ্রাওগী ওইরোম খাউদা শো চবুল 'মা, য়েৎলোমগী খাউদা রুমাল রুমা হাপলগা থোকলকলে ।

গোসল্লামীগীস্থ শেল অসিমুক য়াওরমগদবা মানলি, হংবদি হংলুদে ।

তায় পুনবা শরমা মাগী কক্সবা ত্রিফকেসসি পুল্লগা চৎলি । থমগমলব্রম্বু করি কায়বগে ? ঐনা হংই । মানা 'মসি থোই-দোকনা লুমবস্থু নংতে. অস্থুম পুগে' খুমলকই । ঐনা 'ওকে' হায়হনা খুমই । মাগী পাউখুমদা ঐ চিংনবা খরদি পোকই, ঐহাক অস্থুম তুমিন্না লৈ ।

নিলাম তৌরিবা মফমসি কদায়দনো ? ঐনা হংই । মহাকনা 'Eastern Railway Headquarters, Esplanade দনি' খুমলকই । ঐখোয় তেকসি থাকম য়ৌরে । খামহনা লৈরমবা তেকসি 'মা নিপাসিনা ঙাংনৈ, ঐনা 'মসি মশক থি, অমদা চৎসি' হায় । অমস্থুং তানজা অহুমকতদা থুংলবা তেকসি 'মা খামই, অহুগা ঐনা মখোয়দা 'চৎলসি' হায় । ঐখোয় তোংখংলে ।

'Esplanade' চৎসি হায়বদা কন্না থৌরে ।

পুং ১১ মথায় তারে, চৎকদবসি কি সি মরিমুকতংনি । Esplanade দা থুংরে । মফমসি তেকসি থাফমদগী শরা লাপই । 'হনলকপা কাওবা ঙাইবিরমউ' হায়হনা লাকপগী ভারা পীরে, অহুগা লুপা মঙাস্থু এদভানস পীরে, হন্না চৎনবগীদমক ঙাইহনলমলে ।

শরমাগী মতুং ইনলদুনা ঐখোয় পরপম্পরপ চংলি। মথোল অনিদা কায়—'রিজারবেসন' হায়দুনা চাওনা ইরগা থেৎলমবা উই। থুদোনবি থিনলদুনা মানা 'মসি ঐগী অফিসনি, 'মসিনা ঐগী চেয়ারনি ......।' মানা মাগী 'অফিস' মশক থংহনজি।

ঐখোয় চংন-চংনা মথংগী কা অচোবা য়ৌরে। কা অসিগী মমাংদা শরমানা হায়বগুম 'নিলামদা পোং য়োনফম' অচোবা ময়েকনা ইরগা থেৎপা উই। মানা 'মীয়ামগি পোং লৈগদবগী শ্রাইরিবনি' হায়রক্কই। মীয়াম শ্রাইরগা লৈপা উই।

ঐনা 'ওকে' হায়দুনা খুমই।

মানা ঐখোয়বু অতোপপা মায়গৈ অমদা পুই। রেদিও, তেপ রেকোরদর ময়াম অমা থেনলগা লৈরিবদু য়েংহনজি। গোসরামীদি ময়ামসি উবদা হরাওখরে। ঐস্তু চিংনরোইদগী তৌরে, অদুবু পুকনিংদা ঙাগল থনথবা 'মদি পোকহনজি।

গোসরামীনা তেপ রেকোরদর অমা, ত্রানজিসতার অমা, ঐগী ঘরি অমা হান্নরে।

মানা গোসরামীবু কাউনতারদগী 'ওকসন দেলিভরি কোরম' —সিকি পীবা অনিথক লৈহনলুরে। ঐখোয় অমিগী ইমাংদা কোরমসি 'ফিল আপ' তৌরে। গোসরামীনা কোরম অদুবু পায়রগা পরেংদা লেপই। শ্রাইহাক লেপহনলগা শরমানা হায়-

রকই—'মীরাগগী চংনবি মতুংইমা কোরমনি এপ্রোভ তৌরবদি মতম চংমনলগনি, ঐহাক মমুংদা এপ্রোভ তৌহনববাকে।' কোংরম অহ গোসরামীদগী লৌরগা শরমানা ওফিস অমিদা চংখরে।

ঙাইহাক ঙাইরে। কোরম অনিনি 'লোই তৌরবা, সিল নমলবা 'এপ্রোভ কোপী' ওইনা পুখোককনকথি। শেল থিজনা পোং লৌগদরতা ঙাইরে।

তেপ রেকোরদরগী গমল লুপা ৩৫০/-; ঘরিগী মগল ১৫০/-, ত্রানজিসতারগী মমল লুপা ২০০/- — মুপনা লুপা ৭০০/-।

শেল পিননবগীদমক গোসরামীনা কাউনতরগী মমাংদা লেপই। মী নিপালগী মথং কিউদা লেপই। মতৌনি মাংদা ইচং-চংখং-ত্তে। থনবদা পুং অমা তাবনা হানগদবা মানলি। মতমসিদা শরমানা 'শেলসি মঙুংদা পিননবা তৌসি' হায়রকই।

গোসরামীনা মাগী বাদা পাংশিনলি, 'ফৈ' হায়রদুনা 'কিউ' দগী থোকলকথি, চে অহু শরমাদা পিশিনলি। গোসরামীনা মাগী শেল শরুক পীরে, শরমানা গোসরামীদগী শেল লৌথরে।

ঐখু 'ঙসিদি পুনসিগী ওইনা শক থংনবা তারে, মহু মঙাইরে' থনলি এ লুপা ১৫০ থক মুনা রেংলগা শরমাদা পীরে।

শরমনা শেলশিং লৌশিনখরে। ঐঙোমদা 'সি মুকতা পায়-খিরমউ' হায়রদুনা মাগী ত্রিফকেসতু শিমরমই। মা' অফিসসিদা চংখরে।

ঐহাকনা মায়গী মরিদা কুপনা য়েংই। য়ুম মথোল অনিনি। হেক চেন্নিংঙাই লমবিদি লৈতে। কাথং-কুমথা লমবী অমতনি, ঙসাই ঐথোয়না কায়কপা লমবী অহুতনি।

ঐহাক রাখল মুন্না থনথৈ। ব্রিফকেসসি গোসন্নামীদামুক শিন্নরে। ঐহাক অফিস অসিদা চংই। চংবগা 'শরমাগী' মথোং কানথোখিবহু হেক উবা ফংই। ঐহাক সোন্নাই লাউই। পুকনিংদা 'উ' হায়রগা ঐহাক য়ামনা য়াংনা শরমাগী মতুং ইন্নে। শরমাদি ঐনা ইন্নরকলিবসি থংদ্রি। মা' থেকনা-কোয়না দবলদা চেনথরি। ঐসু মাগী মতুং ইন্নে—খোঙ লৈহৌরবসু হকচাংদি য়ৌরগে হায়বগী মওংদা ভাম্নে।

মহাক হৌজিক ফাওবা ঐহাকনা ইন্নরিবসি থংদ্রি। মীয়াম ভিনয়া মফমনি, মী চেন-চেন্না চংনসঞ্জমই। থৌওইনা য়েংলক-তে—'ফাও' হায়হুনসু ঐনা লাউদে। মাসু অরাংবসি রেলরেদা অনৌথা 'মা নংতে থনবা মানলি, তুংদা য়েংলকতে।

ঐহাক শরমাবু ফংগদৌরে। শিরিসু লোইরকলে। সে-কেন্দ অমগী মতুংদা শিরি লোইরে, শরমা কন্না চেনলি, ঙসাই ঙাইহনলমবা পারীদা চংগদবগী নোমথরপ তৌখি। ঐসু শিরি লোইরে। পুনসিগী অরোইবা ওইনা শরমাবু তাপ কায়, ঐথোয় অনি পারিদা তুশিনলি। শরমানা পারিদা তোংলগা চেনগে থৌরাংলমবনি। ঐনা শরমাগী ফুরিংথাও হুগহুনা জুপা লৌশিনলি।

'শরমা মং লমলকতা লৈবা কয়া কুইরে, পরপ-পরপ খুমউ— ঙসিদি নং ঐগা শক খংনবা তারে, ঐগী মিং পানথোইবা কৌই— নিংশিংউ' হায়রে।

শরমানা 'ঐ মপালদা লৈবা চহি তরেং শুরে' খুমলকপ-মকতদা কনথি থানা মাবু শদোনদা লৌথৈ, ব্রাস্থ লাউনা হায়রি—'ঐগী পৌরুবা ওইবমকস্থ মতিক চাত্রি—ঐদি মপালদতা লৈরগা চাউবনি। কলকাতা হায়বসি ঐগী ইয়ুমগুমবনি, নংগী চপ-চাবা নমিং-নথা তাকউ'—খোলজাওনা লাউরি।

শরমানা হায়রকই—

'ঐহাক বংগালিনি, মিং সুদরশন সেন' কৌই, আসামগীনি, হোজাইদা পোকই, য়ুমনা নোগাওদনি। গৌহাতি কতোন কো-লেজিয়েৎদগি হুয়ার সেকেন্দরি পাস তৌই, স্থুপী-অঙাং লৈ......। গোসব্রামীস্থু স্থংশিংতগী হেন্না য়াংনা চেনশিনলকই। অহগা অরোইবগী ওইনা শরমাদা লৌথখি। গোসব্রামীনা 'অরোইবা হায়রো, লোইগদবা কুইদরে' হায়রকই, হায়-হায়না রুমালনা মখুৎ পুনশিনলি।

ফারবা মতু দা চংনবা য়েংলকপদদি ঙসাইগী তেকসিহ্ন লৈ-ব্রমদরে। লৈতবা কুইরবা জাৎনি। নমবরস্থু নিংশিংদরে, নিং-শিংলবস্থু কান্নররোই। উপাই লৈতরহুনা গোসব্রামীবু মাংলোম-দগী কুব্রিংসি পায়হনলে। ঐহাকনা তুংলোমদগী কলারসি পায়রে।

ব্রিফকেসসি পুতুনা তুংথ-মাংথা লাকলি। তোংনবা তেকসি য়েংলি।

তুং-মাং পায়রতুনা লাকলিউসিদা সরোকতা চৎপা তেকসি পূমনমক থামই, অমতনা য়াবিদরে। অহানবদা—তেকসি থাংকম নংতে, অনিশুবদা—ঐগোয়না তৌরিবা মতৌসিদা চিংনবা পোক-লে। কলকাতাদা কনানা কনাবু থাজসিগে? ঐখোয় ফনা শাংনা লাকলে, উচিন-নাচিম্মা তেকসি অমথকনদি লেপপিরে। ঐখোয়বু 'হাওরা ইসতেসনদা পুবিউ' হায়জরে, চনিং-চকোই ভানা রারি শারে, অহুবু য়াবিদরে। 'গারি থাংকম নংতে, গারি থাংকম নংতে' হায়তুনা থরা-থরা থোগংলগা চৎলি।

উপায় লৈতরে। তেকসি থোবসিনসু লকনরে। থুদোং চা-দসদমুক মানা থুংপায় চেংগরে। ঐখোয়দি মওঙমনা থোকলে। ঐনা 'অপামবা শেল লৌ, পু' হায়তুনা চৎনিংবা উংলি, মানা লুপা তরা অহেনবা পীউ, হংস্নসু পীরো' হায়রে।

অতোংবদসু লেপকে—য়েংসু য়েংথৎলককসু হায়রে। মতৌসি শাওনিংবনা শরমা থাদোকলগা মাঙোনদবু ভায়নিংলে। শরমা ফাবগী পুঙাইবদা—তেকসি ফংদবগী অরাবা নোৎলে। থুদোং-চাদরবনিনা মতেংসু অমতা লৈতরে। দরকার তামনবদগী ঐনা 'সে লৌ' হায়তুনা লুপা তরা হেক পিরিঙৈদা—

থজিক কোমথোকলিউদা—

শরমানা গোসৱামীদা তাকলগদনা অমুকতং কাউরকই। য়ামনা কল্লা কাউরকপা মওংনি, গোসৱামীগী মশাদা পানমনবদগী লোংনা 'বম' তাই।

পুনখিবা রুমালস্থ বং তংখি।

তাম্নহনা শরমাবু ফাগে তৌই। গোসৱামী ম্নানথহনা লৈ। শরমাবু তাম্নদরে, হুরানবা ফাববুদি গোসৱামী লায়কল্লবনা হেন্না লুরে। গোসৱামীবু লৌথংহনা সরোক ময়াদা লায়কল্লরে।

শরমা মী মরকতা চেনথরে। তেকসি থৌবহস্থ লুপা তরা পুরগা চেনথরে। মখোয় অনিমক লাপথোকথরে। থংনথংনা মখোয়বু তাম্নদরে।

হন্না চংলমদাইদা খুদোংচাদবা মায়ওকনরমনিনা ভসাই থোকলকপদা 'হনলকতবা ফাওবা য়ানা লৈ' হায়রমবহ হেক নিংশিংই। শরমানা হনলকহনা ঐখোয়বু 'থিরকলবদি' 'হনলকতবা ফাওবদা য়ানা লৈ' হায়রমবহমক চুমগদৌরি।

গোসৱামীনা ম্নানথরগা লৈরি, শোর হোন্ন-হোন্না ঐস্থ শোর কুইনা হোনলগা লৈগনি হায়বা থাজরকতরে।

তেকসিস্থ মশিং লিকথবগুম তৌরে।

ঐহাকনা পুনসিগী অরোইবা ওইনা গোসৱামীবু ইনাকতা

থমই, অহূপা খুং অনি চংহুনা অরাকপা তেকসি শুমনমকপু খামই। খামলিবা তেকসি ময়াম অসিদা শরমা য়াংবা তেকসিবু 'কৌশিনবা ওইরবদি অঙাং ওন্নবগী থৌরাং লাংজবা ওইগনি। ঐখোয় তশেংনা কলকাতাদা মোংফম ওইবগী রাকমনি।

তেকসি অমথক লেপএ। ঐনা গোসৱামীবু উৎলহুনা মি-নমবাগথৈগী 'মরুপ অসি মশা খংঙম-উমলকতবদগী উপায় লৈতরে, ঐখোয় লম অরাপপদগীনি, হাওরা ইসতেসন ফাওবা থরা পুবিউ' হায়জরে। উচিন-নাচিন্না তেকসি অসিনা ঐখোয়বু থোজানবিরে।

তেকসিসিনা ঐখোয়বু হাওরা ইসতেসন ফাওবা পরপ-পয়প পুবিরকলে। হাওরা ইসতেসন য়োরগা 'পৈশা কয়া থোকলবগে' হংই। ড্রাইভরসিনা 'খুদোংচাদবা মতমদা মতেং পাংবসিসু ঐগী ইথৌনি' খুমলকই। ঐহাক শন্নাই লাউই, মানা পারি থৌথিগদ-বগী তৌই। ঐনা মাগী অশেংবা থম্মোয়দু খংনিংহুনা য়েংই। ঐহাকনা মিনমখিবহু পাম্মুরকখি, ঐহাক মিনমখিবহুগী নিংঙম-লকতরে।

গোসৱামীবু পোত্থুনা প্লেৎফোরমদা পরপ-পপপ পুশিনলি। ট্রেনগী থাউমৈ অশংবা থানলমলে। 'থাউমৈ অশংবা অসিনা' ঐখোয়বু কন্না ঙাইবিরমবগুমই, ট্রেন থাগদৌরে। কামরূপ এক্সপ্রেস চেনবা হৌগদৌরে।

দাস, দৎতনা ঐখোয়বু ঙাইহনা লৈরমই। ঐখোয়বু উবদা শরায় লাউথরে। চেনশিনলকতুনা ঐখোয় অনিবু ওকপিরে। চৎশৎলবা ত্রেনদা ঐখোয় অহুমনা গোসরামীবু থাংগৎলি, ত্রেনসু চৎপা হৌরে।

ফমফমদা দৎতনা হংলকই—

করি থোকখররবগে ?

ঐহাকনা পাউথুম পিবা ঙমখিদে, ঐ তুমিল্লা লৈ। ঝা ঙাংথোকনিংখিদে।

ঐহাকনা ওসাইগী ব্রিফ কেসসি হাংদোকই—

ফজবা কলোম খরা য়াওরমই, চে কয়ামরুমসু য়াওরমই, বরার ইসতামসু ময়াম য়াওরমই, তৌবতবু অশেমবা (নকলি) ঙাকতনি।

ওসাইগী 'ওকসন দেলিভরি' ফোরম অহুগুমবা চেসু ময়াম য়াওরমই, মমিং থংদবা মমা-মচাগী ফোতো শরসু য়াওরমই। 'ওকসন দেলিভরি' হায়বা চেসি লৌথোকলগা ঐনা ত্রেনগী থোংনাওদা লংথোকই। কলোম ময়াম অতুদগী অমা লৌরগা ঐনা থৌদোক অসি শমলপনা ইথোকই। মতম ফংলকপদা ঝারি অসিবু ফজনা ইথোকপনি।

লমলক হায়রসিদি মথল-মথলগী 'মরূপ' উরে। কলকাতাদা পোকখিবা থৌদোক অসি পাক হেক কাউবা য়ারোই।

২৯-৩-১৯৭৩ (বেংগলোর)

# 'চৎলগে' ফাওবা হায়রম্মদরে

ঐনা দিললিদা লাইব্রিক তমনববা মিং চনবগী মতমনি। ঐহাক ভারৎ খুৎশুরোল ওরাইকম. নিউ দিললি (ইনদিয়ান ইনস-তিতিউৎ ওফ তেকনোলোজি, নিউ দিললি) দা লাইব্রিক তমবা চৎপগী থৌরাংনি। অহানবা নুমিৎতি লমখি-লমদাং খংদবদগী হংলং-হংলগা চৎপা ত্তাখি। আই-আই-তি হায়বসি জওহরলাল নেহরু ইউনিভরসিতিগী মনাকতা লৈ। ঐহাক আই-আই-তি দা লাইব্রিক তমনববা মিং চনলে। ঐ দিললি ত্রানসপোর্ত করপোরেশন (দি তি সি) বাস তোংলগা হেক-হেক চৎলি।

লাইব্রিক তমবা চৎপা নুমিৎ ৪/৫ নি শুরে। কুব্রাতরদগী থোকলকলগা মহৈরোই ময়ামগা হেক-হেক উরে।

নোংমগী ব্রাকমনি। কুব্রাতরদগী খোংকাপ ২০০ রোম লাক-লগা চুকান মকম অসিব্রাইদা মহৈরোই ময়াম পরেং শানা চৎ-লগবা উই। মহৈরোই ময়াম. অসিদা য়ামনা মশক-মতৌ ফজবি নুপি অমত্তু য়াওই। মাগী মশকসি উরগা ঐ মিং উইশিন-ছনা থাওই। মাগী শকতমসিদা হেন-থোইনা ফজবা মওং 'মা য়াওই। মহোশা লাইরেনবিগী খুদোলদা য়ামনা নিংখিবা মওংনি।

মথংগী নুমিৎনি।

ঘুপী মচা অসি ওরাং উন্নখিবা মকম অসিন্নাইদা অমুক উ'ন্ন। মা' তপন-তপনা লাকই। লে'বানদা লুমতক তৌবা হিগোক মচুগী খাউ 'মা য়ানলি। মাগী মওংসি—অয়ুক অওনবগী ফজববু কৌশিনবগুমই। হিগোক মচুগী খাউ অসিনা ফজবা হেনগং-হুনবগুমই।

ঐহাক ঘুপীমচা অসিগা ঘুমিৎ খুদিংগী উন্ননবা শেমশ'বা হৌরে। কুন্নাতরদগী থোকলকপদা মতম কুপনা শেন্নবা হৌরে। পুকনিংদা 'মহাক লাকলগলগদরা ?' হায়না হংবা হৌরে। মহাক মতম চানা ঘুমিৎ খুদিংগী মহৈশংদা কারকই।

ঐঙোনদা ফজবগী চৈনানা পানলে। ঘুপীমচা অসিবু উর-বম্ন নিংশিংলে, উদ্রবম্ন নিংশি'লে। ঐগী খমোইদা ফো'ঙমদবা ঈহৌ অমা লৈরে।

ঘুমিৎ খরনি লেনখরে। নোংমাইজিং ঘুমিৎ অমগী ন্নাকমনি। ঐহাক আগ্রা চৎনবগীদমক থোরাংই। 'তাজমহল' য়েংবগী পোং-চৎনি। পালাম দগী লাকতুনা নিউ দিললি রেল ইসতেসনদা শান্নি ঙাইন্নি। 'তাজ একসপ্রেস' তোংনবগী থোরাংনি। অয়ুককি পুং ৬-৩০ রোমতং তান্নি। খাংজ ঘুমিৎতা ঘুপীমচা অহুনা অঙৌবা ফিজেৎ শেংলগা লাকখিবা অহু নিংশিংই। খরিদা য়েংববু ত্রেন থাগদবা মতম ঙাইহাক ব্লাংলি।

ইসতেসনদা লৈখা মীয়ামনা শান্নি ঙাইনন্নি। ফুচু ঙৌন্নোক-

ভৌবা মপাল লমদমদগী লাকপা মীস্মু য়াওই। ঙাইহাক লৈরগা ঘরিদা মতম য়েংববু গারি থাগদবগী পুংফম য়োরকলে। পরপ-পরপ ঐহাক ত্রেনদা কাখংলি। মিংকুপ অমতং লৈরগা ত্রেনস্মু চংপা হৌরে। তপন-তপনা ত্রেন আগ্রাগীদমক খোংশানলে।

ত্রেনিং চংপদা উরবা মুপীমচা অহু ঐনা কাখংলিবা কম-পার্তমেন্ত অসিদা ফমলগা লৈবা উই। ঐগা হৌনহুনা লাক-পগুম ঐগী কমকম মনাকতা মা' ফমলি।

মহাকনা ঐহাকপুস্মু শক খংখরে। মুমিৎ খুদিংগী অয়ুকতা উরবহুনি হায়বসি খংখরে। মাগী মথুংতা বেগ মচা অমা পায়রি, লোয়নবি মমারবি থরগা খোংবু ওইরি। তাজ একসপ্রেস অসি পুংদা কি মি ৭০/৮০ গী চাংদা চেনলি। কি মি ১৪৫ লাপপা মথুরাদা থুংলে, মথুরা ফাওবা লাকপদা পুং ২ চংখি, মিনিৎ ২ মুকতং থামই। গারি অমুক কন্না চেনলে, উপাল-হৈপালশিং তুংহৌবমখৈগী লাপথোকখি। মথং-মথং উতর প্রদেশকি লৌবুক ময়াম লানথোকলে, খুংগং ময়ামস্মু লানথোকলে। পুং ১গী মতম লেনখরে। ঐখোয় আগ্রাদা থুংলে। দিল্লীদগী আগ্রা য়ৌনা লাকপদা পুং ৩ চাই। অরাপপনা কি মি ১৯৯ নি, হায়বদি কি মি ২০০ রোম হায়বহুনি।

আগ্রাদা কুমলে, ঐখোয় লমদাং অমক্তদা চংলি। থরা চংলগা বাস থাকনস্মু য়ৌরে, 'তাজমহল' য়ৌনা চংননবা বাসদা

তোংখংলে। ঐখোয় তাজমহলস্থ য়োরে।

বাসদগী কুমলে। তাজমহল য়েংননবগীদমক হোজং লান-শিনহুনা চংলে। মুপী মচা অসিগা লোয়নহুনা চৎপদি আরজমান বাম্নুগী নিংশিং-খুভম অসি লৈতেং হেনগৎপগুমই। খুৎশেমগী ফজবা মওংদা অহেনবা লৈতেং নোৎপগুমই।

ঐখোয় ফতো নম-নমহুনা চৎলি। তাজমহলগী মমাংদা লৈবা ফমপাকসি য়োরে, ঐনা মুপীমচা অসিদা ব্লা-হৌই—

'ইচল, ফতো'নতং নমগে হায়ববু য়ামনা অকায়ব ওইগদরা?' ইংরাজিনা হায়।

মহাকনা খুমলকতে। খুমলকতবদা ঐহাক ভৌফম থংখিদে।

ঙাইহাক লৈরগা মানা ঐবু য়েংলহুনা ব্লাহৈ অমা-অনিদং হায়রকই—

'ঐহাককি ফতোনা অদোমগী করি কান্নগনি?'

মাগি ব্লাহংসিদা ঐগিস্থ পাউখুম লৈখিদে। ব্লা অতৈ ঙাংলকতনা মা তাজমহলগী মমাং মারবেল ফমপাকতা ফমখি। ঐনা তাজমহল তমনা য়েংলগা মাগি ফতো থরা নমখি।

ঐনা 'Thank you' হায়বদা মা' ফমলমবদগী হৌগংখি। তানজা অসি ফংবদা ঐনা মাঙোনদা হংখি—

'ইচলগী মিং অহুমতং খংজবা য়াগদরা?'

মহাক অমুক হন্না তুমিন্না লৈথোকখরে। পাউথুম পীদবং-মখৈগী মহাক তুমিন্না লৈখরে। ঐখোয় ৱাহং হংনবা ঙমদরে।

ঙাইহাক লৈরগা—

'ঐহাককি মিংনা অদোমদা করি কান্নগদগে?' খুমলকই।

ঐহাক খুমক্কম খংখিদে। বেগদগী চে মচেৎ অমা লৌথোক-লগা মানা করিগুমবা থরা মতুদা ইখি, চেজেৎ অতুদা ইরিবহু পারগা ঐ মঙলান অমদা তাখি। মাগি মিং 'থোইবি' কৌই হায়রকখি। 'মীতৈনি' হায়বা খংবদগী মাগা য়ামনা ৱারি শান্ননিংবা পোকখি। মতম অসিদা নিপা অমা চংলকলগা মাঙোনদা 'Darling' হায়না কৌরকখি। থোইবিগী য়ুম য়ামনা লাপপা মফমদা ওইরুগদবা মানলি। শক খংনজনিংখিবহু অরেমবদা তারে। ঐঙোনদা 'চৎলগে' হায়না ফাওবা খংতন-লমদরে। থোইবি মাগি অনৌবা খোংবুগা লোয়নহনা চৎখরে।

২৯-৬-১৯৭৪ (বেংগালোর)

# ঐখোয় য়ুমদা হনলগদবনি

মুংথিল অমনি। লাঈয়েংশংগী ৱার্দতা অনাবশিং পোৎথারি। দাকতরনা অফিসতা কমলি। মতমসিদা সিসতর অমনা তপলপনা হংলকই—

'দাকতর, লুহোংবহু শোয়দরেকো ?'

দাকতর অহুনা ইউক-উকনা তায়, অহুগা 'সিসতর কনাগী লুহোংবনোনে ?' হায়না হন্না হংলকই।

'মৌ শুইগদৌরিবি সনারৈ ঐখোয় লৈকায়গীনি, মহাক ঐগী ইমান্নবিনি'— সিসতর তথোৎপীনা হায়রকই।

দাকতর চাওথোইগা—সনারৈগা লুহোংবগী ৱা-লান কন্না ঙাংনরিঙৈদা ৱারি অসি শান্নখিবনি।

ৱাহং-পাউথুম থরা অসিনা দাকতর চাওথোইবু থৌদোক থরা নিংশিংহনলি। মুৎলুরবা লাইরিককি লামায় থরা শ্র-শ্র ময়েক থোরকপগুমই।

মতম অসিদা সিসতর অমনা পাউ পীরথি, 'মশা শোকপা অঙাং অমা পুরকলে।' দাকতর চাওথোই অনাববু য়েংশিনবা চংথি।

অশোকপা অঙাংহু য়েংবা হৌরে। অনাবসি মকোকনা ফুজিনলগা তুখিশা মওংনি। মফম খরদা উনশা ইতৎ-তৎলে। থাং মচা অমা থাহনা য়েংশিনবস্থু মথৌ তাগদৌরি। ঈ ফনা য়ামনা থোকখিবা মওং মানলি, অনাবসি তুরবা মতুং শিৎলগা চৎথিবগী খুদমস্থু '' ·····হৌজিক-হৌজিক লাঈয়েংবগীস্থু দরকাররনি ·····। মথংগী মিৎকুপতস্থু দাকতর চাওথোইনা খনলি—অনাবা মফমসি চামথোকননবা Solution লৈতে, পুনশিনবদা হাপননবা লাশিং লৈতে, মফমসি কিশিন্নবা Bandage লৈতে, কাতি অমনবসি ইকোম-কোমহনা চপ্পা য়াদরে, কোল মচা'মা লৈরিবসি য়ুবদগী ঈশিং অশাবা হাপ্পা য়াদরে, ফমনবা থারিবা চেয়ারসি ফমথবা খুদিংগী কে-কা মখোল থোকই। অনাবনা হিপনরিবা মোমপাক ফিদকসি কেরে কাবমখৈগী মোৎলে, ওলাংথাগী য়ুক লাউরবা মতমসিদা বেরা তৌবা হুমাইসি শেমবিদহনা লৈরে। লেত্রিবসি শেমজিনবিদবদগী নাতোন মেনশিনলগা চংবগী মওং য়ৌরে·· ·· লাঈয়েংশং অসিদা করি-করম তৌহনা লাঈয়েংগদবনো খনবদা চাওথোই ব্রাখলদা চমম্নবা পোকই, কাতি অফবা অমা লৈতবা লাঈয়েংশং হায়বহু ওইরে, সরকারনা য়েংশিনবিদবদগী ফিভম য়ামনা ফৎতরে—খন্ন-খন্না অনা-শেন্নবি অমদা হংই—

'সিসতর, অঙাং অসিবু মশক খংই হায়বা কনা অমতা লাকতবরা ?'

'দাকতর, কনাস্থ লাকতে।'

দাকতর চাওথোই মাগি কাদা তনলকলে, ব্লাখলদা নিংকোক-নিংকোক তৌবগুমই। অঙাং অসিগী মরি-মতা য়ামনা অথুবা মতমদা লাকহনিংই। অঙাং অসিবু মশক খংনিংবা পোকই।

'মরি-মতা লাকলবদি ফগদবনি' হায়না খনলিঙৈ মতমসিদা তেলিফোন মনদিলা খিংলকই। চাওথোইনা রিসিভরবু লামলগা পাযথংলি। দাকতর কোমবিরৈনা হায়রকই. 'অঙাং অমা মকোক ফুজিনহনা তুখিবত্ত য়ামনা লুঙাইতে। খুদোংথিবা থৌদোক অত্ত পোকউ হায়না তমখিবা হায়বত্তনি, ঐগি গারিনা থোমবদগী থোকখিবা থৌদোকনি, ঐবু ঙাকপিউ।'

কোমবিরৈনা মসিখকতং হায়রগা তেলিফোন থমখি, চাউথোই ব্লাখল গল্ল-খন্না করিগুমব'মস্থ খিরগা লৈবগুমই, দাকতর কোমবিরৈনা ফোন তৌরকতুনা লুঙাইতবা ফোংদোরকপগী মরম খংনিংলমই। 'মানা ঐঙোনদা করি অহেনবা হায়নিংববু লৈবনো' হায়বনচিংবা চাউথোইগী ব্লাখলদা মেনদাবা ঙসদবা মওং'মা তৌরমই। খংনিংবগা লোয়নতুনা মানা রাহংশিং অসি মতোমতদা হংজরমই। মতম অসিদা 'ইবুংঙো' হায়বা খোনজেল অমা মানা তাবগুমখি। থংনবা কাদা মী অমনা মুরুম-মরুম ব্লা ঙাংবগুমস্থ তাখি।

চোইচাং য়োংলবগীদমক চাওথোই অনা-কাদা চংলি। অনাবা

ময়ামগী মরকতা অনাশেন্নবি তরাগৈ তপন-তপনা চৎলি, দাকতর চাওথোইনা হংই—

'সিসতর, অনৌবা অনাবাকা লাকপরা ?

'মৌ নহা অমা লাকই। মকোকতা অশোক-অপন থোকপা অঙাং অহুগী মমানি, মচাবু উবদগী মিপাই হৌরুরে. ম্নুপী অহু মথংগী কাদা পোংথারি'—সিসতরনা খুমলকই।

দাকতর চাওথোইনা মথংগী কাদা চংই। য়েংবামকতনা মপুকনিংদা থুক লাউবমখৈগী ম্নুঙাইতে। পিরাং শিনথবতনা রাববি ম্নুপী অমগী মওংনি। চাওথোইনা মপুকনিংদা মতোমতা হংজে—

নহাককি কনা লৈতবনরা ?

মাগী রাখলসি কনাদম্নু হায়দোকতে. রা মখৈ অমা চিলদগী কাংথোকতে।

চাওথোই তপন-তপনা মপালদা থোকলকলে। তৌখ্রবা পুনসিগী অরা-ম্নুঙাই রাফম খরা শ্র-শ্র নিংশিংলকপগুমই। থোকখ্রবা থৌদোক খরা মিংমাংদা হুন্ন-হুন্না উবগুমই। দাকতর চাওথোইনা ম্নুপী অসিবু মশক থংই।

মৌ নহা অসি চাওথোইগা লৌন-লৈনহুনা লৈমিন্নখিবা ম্নুপীনি। মতম খরা লৈমিন্নরগা চাওথোই মহৈ-মশিং তগথবা চংপা তাখি। থরোসনাগী ঈ-পাউম্নু ফংলমই। মতম খরা

মতুংদদি ঈ-পাউ লেপখি। চাওথোইদি মহৈ-মশিং তমথদুনা লৈবা তাথি, চহি ৭ কি মতুং ঙসি ইখং-খংহৌদনা লাঙ্গৈয়েংশংসিদা মখোয় অনি উরখিবনি।

মথংগী ঙুমিংনি। দাকতর কোমবিরৈ অমস্তুং মাগী মপাবুং লাকই, মখোয় চাওথোইগা লোয়নদুনা অঙাং অদুগী কাদা চংলি।

অঙাং অদুবু য়েংলুকগা মখোয় অফিসতা ক্ষমমিন্নরি। মতম অসিদা কোমবিরৈনা হায়রকই—'ঐনা অচৌবা ইরাল অমা লংঙবা হায়বদু থোকখরে, পিকলিবা অঙাং অমবু চৈথেং পীখরে। অঙাং অসি ঐগি গারিনা থোমখিবনি, গারি থৌবা মী অদুনা ঐঙোনদা থেঙনা পাউ তমলখি। ঐ য়াওদবা মতমদা থোকখিবা থৌদোকনি।'

'থরোসনা শোকলিবা অঙাং অসিগী মমানি। অঙাং অসিবু য়েংদুনা মাগি মতম লেনবা ঙমলি। তাইবংপালদা মচানিপাবু লৈরবদি হিংবগী আশা লৈ হায়বদু থরোসনাগী ওইবি। থরোসনা না 'নংগি বাবা লাক্কনি, নংগি বাবা লাকনি' হায়দুনা অঙাং অসিবু থেমলকপা মতম কুইরবনি'—কোমবিরৈনা মথা তারকই।

চাওথোইনা অঙকপগা লোয়নদুনা হংই—

মাগি মপুরোইবদি ?

কোমবিরৈনা ব্লাহং অসিগী পাউথুম পীরকতে। মা' হৌগংলগা মপাললোমদা থোকখি। চাওথোইসু কোমবিরৈনা চংপা মায়কৈদা

চংলি। কোমবিরৈ অনাবগী কা রোমদা চংই, চাওথোইসু কা অতুদা চংলে। চংলগা কোমবিরৈনা থরোসনাগা ৱারি শাবা হৌখি, ৱারি শারিউসিদা কোমবিরৈনা থরোসনাগী মখুং তপন-তপনা পায়শিনলমই, মখূৎ পায়রগা তপন-তপনা করিগুমবা খরাসু হায়খিবগুমই, থরোসনাগী খুৎ অতু চাওথোইদা শিন্নরমই। চাওথোইনসু ইঙক-ঙকপামগৈগী থরোসনাগী মখুৎ অতু পায়শিনখি, মফম অতু উন-ৱাইমুক চিকনা তুমিন্না লৈখি. কোমবিরৈগী মপাবুং-না হায়রকই—

'চাওথোইবু ঐগি ইমাকনিপা ওইগে, থরোসনাবুনা মপু-রোইবগী মখুৎতা শিন্নবিগে খনখিবা থবক অসিগী শরুক খবা ঙসি ঐগি ইচানুপীনা পাংথোকলে। নখোয় অনি নুঙাইনা পানলু'।

কোমবিরৈ অমসুং মপাবুং কা তাতুদগী থোকখি। শিংচিন-লকপা লিরি-লিরি নুংশিংনা চাওথোই অমসুং থরোসনাগী মায়দা য়ৈরখি। মখোয় অনি ৱাখলদা ঙাইহাকসু উংবগুমই, মতম অতুদা মখোয় অনিগী মনাকোংদা তাবগুমখি—'ইমা, বাবা লাক্কনি. বাবা লাক্কনি' তোয়না হায়খিবতু লাকলববা? ইমা. ঙসিদি বাবা শোয়দনা লাক্কনিকো?' ৱাহং অসিগী পাউখুমদা খোনথাং ওইনসু মখোয়না তাবগুমখি—'ইবুংঙো, হৌজিক বাবা লাকতুনা লৈরে, ঐখোয় য়ুমদা হনলগদবনি, [illegible] বাবানা পুবিরগদবনি।'

৬-৬-১৯৭৭ ( পুনা )



অইবা অসি.............

১। **সোনাই, থাংজম লৈকাইদা** পোকই। চহি-তরেৎ খুন-তাকপা (১৮১৯-২৬) মতমদা লানগাইরকখিবা থাংজম মচাগী চারোন-শুরোননি। মনিপুরগী **শগোলবন্** (সয়াং), **থাংমৈবন্** অমসুং **খুরাইদা** শাগে অসি লৈ।

২। Mass Media, Community Health, Basic Education, Nutrition, Population Education, Conservation of Natural Wealth অমসুং Town Planning গা মরি লৈনবা হিরমশিংদা পুকনিং চংই।

৩। **বাংলাদেশ খোংচৎ, ইমফালদগী কন্যাকুমারী, মীওইবা অমসুং নুংঙাইবা, মীতৈগী অরাবা, গুজরাত খোংশান, মীতৈগী রাকম, রারিগী ঈচেল** কৌবা লাইরিকশিং ফেংখ্রে। **The Manipur Times** গী Founder নি। হৌজিক-হৌজিক চেফেং অসিগী *Managing Director* ওইনা থবক পুরি।

Rs. 20/-